# শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ।

(চহি তরেৎ থুন্তাকভৈদা মনিপুরবু পুম্নো-নোনা শেমগৎখিবা)

শ্রীগৌরচন্দ্র শর্ম্মা।

মহাভারত প্রেস

মমল লুপা ২.০০

লাইবিক মচা অসিগী মচাক তাম্বদা নৈনজখিবা—

1 বৃটিশনা অরোম্বা ওইনা থনম্বা রেকোর্দশিং
2 My experiences in Manipur and Naga hills—by Major General Sir James Johnstone K. C. S I
3. Annexation of Assam—by R M. Lahiri
4 Anglo Assamese relations—by S K Bhuyan
5 Account of the Valley of Manipur and of the hill tribes—by Major W Mc cusloch
6 The Meiteis—by Hudson
7 মনিপুর চিত্র ভ
8. কাছারের ইতিহাস—অসিনচিংবা বঙ্গলা লোন্দা ইরম্বা লাইবিক থরা (লাইবিক অসি অসি মথুম যাওবমদগুনা, ইরবা মীগী মমিং হাপচদ্রে)।
9, চহী ৩০ রোমগী মমাং ফাওবদা থোংনজহৌবা, চহী ৭ খুন্তাকপগী মরমদা থংবা. কাছার, শিলেট অমসুং মনিপুরগী অচৌবশুমনসি।

---

শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংনা মনিপুরী লোভজগী মীতৈ ৫০০ দন, নিপুবদগী কবো ময়াম ভাম্থোক্লুনা. লৈপাক অসি অমুক চল্লা চুব চম্বা হাক্কা তুং ইল্লকপা পেম্বারতন সাহেবনা, সরকারদা থবা রিপোর্ট —

The favourable mention of Gambhir Singh's name will not, I trust, be considered presumtuous To his energy perseverance and skill is the success of the undertaking principally attributable, and should his co-operation in subsequent advance be required, it will I doubt not be such as to reflect equal credit upon himself and his men—

গম্ভীরসিংগী মবমদা চান্নবা থংনদুনা নৈরবনিনা, মরু পন্দুনা চাযবদা, প্রমান য়াওদনা, পংহায-হায'ঙনবা ওম্ননা পোক্রোই, চাযনা থাজে। মাগী অনোম কনবা, অথাং-কল্বা অমম্বং চৈং-শিং-বনা, মক্ত ওম্ননা থবক অসি পাংথোকখিবনি। ভুং অসিদা থেংনবকপা লান্দা, মাগা থবক তৌমিন্নবা থোক্রবদি, থবক অসি নিংখিনা পাংথোকখিবগুম্বা, মানা অমম্বং মাগী মীশিংনা, পাং-থোক্রগনি হাযবদা চিংনবা নৈতে।

---

মনিপুরদগী কংবা তাম্বোকপা লাকপা মীতৈশিংনা, নোংজু-থাদা চৌং লম্বীদা অকা-অকুব তৌবগী ব্রারবা মতমদা, চেংঙনম্ব লোয়খিদুনা, অকংবা খর-খবদংনা, চাবোয়-চাদবোয তৌবব-মক্তদা অরাবা করি অমতা উংখিদবা, অতুগী মরমদা, তুং ইল্লকপা পেম্বারটন সাহেবনা সরকারদা পিবা বিপোর্ট—

To the deprivations, Gambhir Singh's men composed entirely of Manipuries, submitted without the slightest appearance of dissatisfaction and chearfully continued to advance, though constant rain had so much swollen

the nullas, that it was necessary to throw bridges over the timber for which, was in each instance cut immediately after marches, rendered peculiarly harassing from the mountaneous nature of the country traversed,

অসিগুম্বা চাংবায চাদবোয় তৌরবা মতম অসিদসু মীতৈন্দনা শেম্বা গম্ভীরশিংগী লেভিজ কাংবু অদু, পেন্দবগী মতৌ কবি অমতা উত্রে। হরাও-হরাওনা চৎতুনা, তত্তনা নোং চুবদগী ঈশিং চাওখৎলবা তুরনশিংহ্ লান্নবা থোংসু শাই। ... ং শানদা চংলিবা উ-শিংহ্, নোং মরক্তা চীংশিংহ্গী অকা-অকুম তৌবদা চোকথরবা মসাশিংহ্, কবিশুম্বা পোত্থাবা অমতা লৈতনা অ_ম য়াম্লি।

---

মনিপুর হন্দোক্লবা মতুংদা, শ্রীযুৎ অসিনা কপো ভেলিদা, লেভিজগী শকক থরদনা, অকম্বা লাম্বন মম্লুংদা লৈবা, থোংনা-ফবা, মশিংদসু হেম্বা কবোশিংবু, তোপকি মতে' যাওদনা মায়-খিবা পিখিবা হাক্তক্তা', তুং হৈন্দুনা চৎলুবা কেপ্টেন গ্রান্টনা, সরকারদা 'পিবা রিপোর্ট'—

The character of Raja Gambhir Singh, for personal courage, activity and energy has been already established, and is so fully appreciated by the Government that nothing but a sense of duty could justify any comment upon either by me, and it will no doubt be gratifying to know that, the activity, judgement, and skill he has displayed on this occassion have proved the justice of

the opinion previously entertained of his merits The steady gallantry which without the usual aids of cannon could force a brave enemy to evacuate a strongly fortified position, is a very satisfactory illustration of the character of his followers, and renders any further comment upon it unnecessary —

রাজা গম্ভীরসিংগী, মসাগী থৌনা, থবক য়াংবা অমস্থং নিংখিনা থাংথোকপা ওয়া মগুনশিংগী প্রমানদি হান্নমু উংল্রে। মরুপানমু, মসি নিংথিনা থংবা মরম্না, মসিগী মবমদা হায়রুতুনা কান্নদে। অদুবু, ঐগী তোফম থোকপা থবক ওইবনা অদু নিংশিংবতনি। হন্দক্কী থোদোক অসিদা, মাগী থবক য়া, রাখল চুম্বা, অমস্থং হৈ-শিংবগী শুনশিংদু নিংথিনা ফোংদোকখি। থৌনা ফরবা, অমস্থং চেকশিন্না শারবা লাম্বনগী মস্থংদা লৈবা যেক্লবু তানথায়বা তাববদি, ঐথোয়দি তোপকী নতেং লৌনবকই। অদুবু, মদুগকা ইযাও য়াওদনা য়েক্রবশিংদু তানখাইবসি, মাগী তুংইন্বশিংগীমু, হম্বা-লৈতবা থৌনাগী মশক তাকপনি। অসিগী মরমদা অমুক হায়রুত্তুনা কান্নকম লৈতে।

---

Annexation of Assam হায়বা লাইরিক অদুদা শ্রীযুৎ অসিগী মরমদা ইরম্বদা—

It must be admitted that, out of a series of worthless and impotent monarchs who filled the stage

of the north-eastern frontier, at that period he was the only sovereign who showed power and valour.

He was a good general. He has the skill and foresight, and was not cowed down by the difficulties of extreme type —

মতম অদুদা, অৱাং-নোংপোক্কী সিমানাদা পাল্লম্ব', কৈমু কান্নপ্রবা, অমসুং মথৌনা লৈতবা নিংথৌশিংগী মরক্তা, মা-মতোম-তদি পাঙ্গল অমসুং মথৌনা উংখি, হায়বসি, মাফম থোকই।

মহাক অসি অফবা ( মতিক চাবা ) জেনরেলনি, হৈ-শিংই অমসুং তুংদা থোক্কদোবা থবক উই।

## হৈঙ্গচ্চবা

মণিপুর অসি গম্ভীরসিং মহারাজগী স্না-হাক্কক কাওবা মনিং তম্বা লৈপাক ওইনা লৈরম্বদগী, শ্রীযুৎ অসিনা হেক লৈখিদবদগী, বৃটিশ সরকারনা পোলিটিকেল এজেন্ট থমদুনা মিংয়োং চংবা হৌখি। মতম অসি কাওবদা, মীতৈগী থবক্তা মীথা পোনবা য়াদবা অমসুং থোনা ফবদি মাংত্রি। অমদগী, খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ দা তৌবিমন থংদবা বৃটিশকী "কান্নবস্তু ফুবা, কান্নদ্রবস্তু ফুবা" হাইবা নিতি অদুগী মতুং ইন্না লৈপাক অসি খুত্থম চনখি।

মতাং অসিদগী, হুজিক মীতৈনা মরু ফংনা লৈখ' তারিবসি থোক্কবা মরম শিনবা হৌখি। লৈপাক অসি লোই হেক চম্বদগী, মিলিটরিগী মনিং-মথা তৌবা শাসন মখাদা চহী তরেৎ (কনা-গুম্বগী মত্তা চহী মডা) থমদুনা, —য়ুম মৈ থাবা, খুন খুদিংমক জরিমানা তৌবা, মরিংঙ্গেন লৈবা মী থিদুনা হাংপা, নত্রগা, লৈপাক য়াংমদা থাবা, নহা-মুবীদা নে-ইজ্জৎ তৌবা, অসিনচিংবা য়েংহৈদ্রবা থোদোসি তত্তনা তৌখি। অসুম্না, মতম শাংনা ওৎ-নৈরবা মতুংদা, নহা ওইরিবা চুড়াচান্দ মহারাজবু নিংথৌ হাপলগা, সাহেবনা ওইহল্লিংবা মতুং ইনবা শিক্ষা পিথি। থাংভমদবা মতৌগী ওং নৈবা, অমসুং চাওখৎপগী মমিংনা মীনাই পুকচেল

শেম্বা অসিনা — মীতৈগী হান্না লৈরম্বা গুন পুম্নমক মাংখিদুনা, ওলহন্নিংবা মাইকৈদা ওনবা, হোন্না ক্ষবা কাংবু ওইনবা শেমখি।

অদুদগী, ভারতনা স্বাধীন ফংবগা লোইননা, লৈপাক অসিসু স্বাধীন ফংলবদা, মীতৈগী ধর্মেইগী কাচিন্দা, মশক উহন্দনা লোৎতুনা লৈখিবা গুনশিংদু, মীতৈ নহারোংদা মশক খবা খন্না উৎপা হৌখি। অসিনা, চাওখৎপগী অনৌবা খোংশান আসদা, থাইনগী অহল্লম্মনশিংনা থাবিরম্বা খুদদা নেৎপদা, ...তং থাচিকুং ওইগন্না হাইনা খনজদুনা গম্ভীরসিং হাইবা লাইরিক মচাসি ইজবনি।

————

## য়ারিগী য়াহৌদোক

মতম অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতিক চাওবা মচাশিংগী মরক্তগী, মারজিংনা নিংথৌ ওয়রুনা পাল্লম্মি। মারজিংসি, বাদে'ঙ্কায়া হায়রবা, কবো নিংথৌগী মচেং কৌরুনা, ময়াম্বুং চৌরজিংপু তাম্থোক্লগা ১৮১৩ দা নিংথৌ ওইখি। মচুগী তৌ-বিমল ওইনা, কবো ভেলি অসি বাদোঙ্কায়াদা কংথোকলগা, মাগী লোয় ওইনা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইনিংবনা হাক-মন্দুনা, অচোপ-অরেম থিদনা লোয় ওইযু হাইবা যাক্ররবস্তু, মীতৈগী ঈগা ওইবনে, লৈপাক্লগা চোপ্পা ঙাংনবনে, মারজিংকী মপুক্তা নিংঙমদবনা রাৈমে চাকপগুম চাকপা হোরক্লে।

বাদোঙ্কায়া অসি শিরুনা, মশুগুপা বাগিদৌনা নিংথৌ ওইরুনা পাল্লে। মাগি, অভিষেক্তা থোবাং, থোঙ্দোক-হেন্দোক্লা চাওনা তৌবা মরম্না, লোয় ওইরিবা নিংথৌ পুম্নমক, রাজভক্তি কংরুনা, পে খল্লনবা থংহনলক্লে। মারজিংসি পে'য় কে'ক্লবা, লান হৌনবগী খুদোং-চাবা মতম য়েংরুনা লৈরিবৈদা, লোযদা-লোয় অতাক্লবা থৌদৌ তৌরনবা, থাবকপা বার্ত্তন অহু লৌদনা হনখ্রে। কবোগা মুক্রবগী মওংদা কবোভেলিদগী চিংগু-উ য়ালহল্লগা, কোগ্নংদা সঙ্গায় শাগংলে। চহীগী লোয়পোং পিয় হায়বা য়াদবশিংধ, দত্তি পিরুনা মপোং-মচৈ মংহল্লে। অতুগী মথক্তা, অভিষেক্তা লাকউ হায়বা য়াদবনে, অসিনা বগিদৌ

অসি শাওবনা মৈ থোক্লুনা, মাররজিৎপুনা, ফাদুনা পুবরক্লবা, উশিং-থোওইদবা পুকচেল চেম্বা লৈপাক অদুনা, পুম্মুৎ-মুৎহল-লম্লবা, ১৮১৯ দা চাওববা লাম্মী মপৈ অমা থারকই। মথোই-দুগী খুংশি-হৈত্রবা থোদোঁ হাকমনথিবদগী, মনিপুর অসি, খুত্তাক লৈত্তাক্লুনা লৈথি। অম্রম্মা চহি তরেৎ লৈক্লরগা, গম্ভীরসিংহ মহারাজনা, কবো তাম্থোক্লুনা, লৈপাক অসি পুমনৌ-নৌনা অমুক শেমগৎথি।

---

## মীথং পোম্বা যাদবা মনিপুর—

থাগ্লনৈডেদদি, গবোবনেরাঞ্জ মহারাজগী স্না-হাক্তক ফাওবদা, শিল্লবা মনিপুর লৈপাক অসি, কনাগীস্থ লোয ওইদুনা লৈরকত্রি। অরাং-নোংপোক থংবা লম অসিদা, কবোগা মক্তিক চাবা লাম্বা ওইরক্লপসি মৈতৈত্তদনি। মতম অদু, "কাবা মস্তাগা মীতৈ অমগা লাম্বা পাবা য়াই" হায়না থন্নরম্মি। চহি খুদিংগী থোঙ্গং-খূৎ-কং থা চংডকপদা—"কবোদা লাম্ভাবা চৎলসি, ঐথোযগী পুক্কে কারক্লসি" হায়ত্রুনা কৌ-চেং অমম্বং লন-থুম থোম্বা চৎনরম্মি। শগোল তোংবা, কিমু শেংলা, আম্বাহাই য়ানবা কাংবু অদু উরগা, অরাং-নোংপোক লংবা ভারতকী মী পুন্নমক থম্মোয় মিক্লরম্মি। হুজিক্কা খুংশি-হৈত্রবা থোদোঁ ওইনা থন্নগদৌবসি, মতম অদুগীদি চৎনবিনি।

মহারাজ গরীবনেৱাজ লৈখিৱবা তুংদা, কবোশিংনা খরায়দগী হেন্না খুৎকন-পাঙনবা কাংবু ওইরক্লে। মখোয়না, অপুন্বা শক্তি লৈত্রিড়ৈদা মীতৈনা লাকচরম্বগী মলোম অত্তুদি কাওথ্রি। "পিরবা মীতৈ কাংলুপ অসিদা, মহু য়ৈথেক্লুনা লোয় ওইনা থম্মবদি লোইরে", হায়না খল্লম্মি। অত্তুবু, মীখা পোম্বা হৈত্তবা হায়বসিনা, ঈদা চুহুনা লৈখিবা মবম্না, ঈশিংদা থাংনা হকপশুম, লোয় ওইবগী দাগতি কুইনা খক লৈরকত্রি। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রগী স্না-হাক্তুনা খৈলৈ মুংনাং তেলহৈবনা কবো পুশিল্লক্লুনা কযা-কযা ওৎ-নৈখি। অত্তুবু, মহারাজ অসিনা, মীবৈপাক্কা চেল্লগা অরাবা কয়া থাংহুনা কবো তান্থোকখি। চন্দ্রক মারজিংকী হাক্তকসিদদি, নিংথৌ ওইনিংবনা মীখা পোনবা যাদবা রাখনবু মতম খরা নমথরুববন্সু, মতম কুইনা লৈখিদে। কায়হৌকর-বনিনা, কবোনা শোযদনা লান হৌরক্লন হায়বা খংহুনা, মারজিংসি লানগীদমক শেম-শাবে।

---

## ভারতকী অরাং-নোংপোক থংবা লম অসিদা, নতম অহুগী রাজনিতীগী ফিভম—

থোয়রবা বগিদৌ নিংথৌসি, বৃটিশ কাংবুগম্সু যেংথিনরক্লে। কবো নিংথৌশিংগী রাখল মতুং ইন্না, বগিদৌসি, মশাবু মীথাম্ব-মীহেনবা, লায়গুম্বা মীশক্তি হায়না খল্লম্মি। মী মরক্তা নোং-সাগুম্বা মানা, মনিং তৌনা মীহাৎ-মীপুন তৌবদা, ক্ষতিপূরণ

ভানবগা লোয়নবা, ভুদা অমুক হন্না তৌদনবা থংহল্লকপা,
মানা খুংঙাইহৎপা মীশিংবু চংজকম পিদুনা থম্বা,—মাগী লান্মী-
শিংনা চংখোক-চংশিন তৌবদা, য়াইগা য়াদেগা তৌদুনা যেংপা,
অসিগুম্বা থবকসি তৌযনা খোকচিল্লকপা মরম্না, বগিদোগী
রাখন্দা, মাবু উশিন্নবগী ভমথোং যৌরম হাইনা থল্লে। সোমদনা,—
পর্তুগীজ হায়রবা ললোনবা কাংবু অদু, লল্লোন-ইতিকী মরমদগী
বৃটিশ কাংবুগা য়েংথিনবা হেনগৎলক্লুনা, বৃটিশ তাম্মাববণীদমক,
বগিদোগী অশাওবদা থো-থোক্তুনা ইনশিনবা হোরে। অদুগা,
বগিদোগী লান্মীশিংদু পর্তুগীজশিংনা খুংলাই পিবনে, চাওথংপা
মওংগী লান মশোক্লগা তশিবনে, অসিনা, নিংথিনা হৈ-শিংবা
উবদা, ভারতা মাগী লান্মা লৈত্রে হায়না থল্লে। সাহেব ভান-
খোকপদি লান নত্রবদি যাবোইদবনিনা, লানগী শেম-শাগৎপা
হোরে। মতম অশিন্নাইদদি, বৃটিশশিংসি ফত্তবা লৌশিংনা,
ভাবতকী মফম পুম্নমক লৌশিন্দুনা, অয়াং-নোংপোক্কী লম
অসিদা ভাযরে। মসিম্মু, খুদোংচাবা ভায়দুনা লৈবি।

বৃটিশকী মগুন থংবা গম্ভীবসিংদি, করোনা তৌম-সি
উবদুনা—লানবু খোক্লববদি, লৈহৌরিবা লম পুম্নমক অসিসু,
শোযদনা বৃটিশকী মথা পোনখিবা তারে হায়বা থল্ল। মরম
অসিনা, যেক্লবগী রাখল থাদোক্লতুনা, মক্লপকী ফিভমদা লৈনবগা,
বৃটিশকী মায়োক্তা লান তৌমিন্নসি হাযনা বগিদোদা থহনখি।
অদুবু, রাখল থেনবা বগিদোসি, মানা মহেল্লে থন্দুনা, য়ারক্তে।

য়ারক্কবদা নত্তনা, মীচেন ওইহল্লা লৈরিবা, মচিন মনাও অহুম্বক ( চোরজীৎ, মারজীৎ, গম্ভীরসিং ), লোয় ওইবা হাইবা য়াত্রবদি, বৃটিশকী লমদা ফনা লোৎতুনয় লাপ্পী থাজিন্দুনা ফাহল্লনি, হায়না খংহল্লকই।

সাহেবশিংস্তু, কবোগা লান থোক্করগদৌরে হাযবসি খংহনা, মপুং-মপুংদা, লাপ্পী পৈহনা শেম-শাবা লোযরে। তাল্লা অসিদা, গম্ভীরসিংস্তু, শিলেটকী এজেন্টকা উন্নহনা, মরুপকী ফিভমদা বৃটিশকী মতেং পাংগে হাযররে। এজেন্ট সাহেব অসি, গম্ভীর-সিংগী থৌনা, হৈ-শিংবা, অমস্তুং কবোগা মতম কুইনা যেংথি-নরকপগী মরম পুম্নমক, হান্নরা খংহনা লৈবা মরম্না, হরাওনা য়াথি। অহুদগী, এজেন্ট সাহেব অসিনা, বৃটিশ সরকারদা খংহন্দুনা—সরকারগী মতেংস্তু গম্ভীরসিংনা পাংবা, অহুগা, মনিপুর হন্দোক্পা মতমদনা, সরকারনা মতেং পাংবা—হায়বা, সর্ত্তসিদা য়ান্নহনা; গম্ভীরসিংনা মনিং তৌনা শিজিন্নবগীদমক "মনিপুরী লেভিজ" হায়বা ফৌজ অমা শেমগৎখি।

---

# [১]

## চহী তরেৎ খুন্তাকপা



ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ, মীতৈ পুম্নমক্কী থম্মোইদা ভক্তিগী ইথক হৌহনবীরমলগা লোংগাখ্রে। মহারাজ অসিগী মতিক চাওরবা মচাশিংশু, তাকপিরম্বা মতুংইন্না —মথং-মথং নিংথৌ ওয়রনগে হায়-বদি লৈত্রগনি', ভাগ্যচন্দ্রদগী মহৈ-মহৈ ইমু-নাইমু তানখ্রুনা, মণিপুরদি অহিংবা মশক থংনখ্রে। মোমদা, যেত্রবা করোদি অচৌবা যেংহনা লৈরি। তানজা অসিদা, মারজীৎনা যেক্রবা করবা নিংথৌগী মতেং লৌহনা, মমাংনুং চৌরজীৎপু তাপ্নোক্লগা মণিপুরগী নিংথৌ ওয়রে। চৌরজীৎ মহারাজসি, মনা'ও ইমুংডো অতোপ্পা গম্ভীরসিংগা কান্নার লৈনাজা চেল্লকুনা লৈরম্লে। গম্ভীরসিংদি, ময়নুংসংগী হৌজিক লৈতবা থৌদোসিংশু উবদা মথৌমায় শোত্রবসু তুংগী আশা থম্মুনা রা ভাংখিদে।

মারজীৎসি নিংথৌ ওয়রনিংবনা হেন্নসিনখিবনা যেক্রবা করো নিংথৌগী মতেং লৌকররসু, মখোয়গী লোয় ওয়না লৈবদি চোপ্পা থম্মুনা, মনিং তম্নবগী খুদোংচাবা য়েংহনবা লৈখি। তঙ্গা অসিদা করো নিংথৌ বগিদোৎগী অভিষেক বার্ত্তন লাক্রে। বার্ত্তন অসি, মাসু বগিদোৎগী লোয়ম ওযবদা য়ারগী, অতোক অকোংনবা থৌদো

তৌরনবগীদমক্তনি। মবম অসিনা বার্তন অদু লৌশিন্দ্রে। অদুগা, লান শোইদনা থোক্লরবা তারে হাইবা খংহনা শেম-শাবা হৌগৎলে।

বার্তন লৌরকত্রে হাইবা পাও তাবদা খুৎকল-পাঙল্লবা বগিদোসি শাওবনা মৈ থোক্লে। "ঐথোইগী ইতেং লৌহনা নিংথৌ ওইহনখিবা মানস্থু ঐবু থৌওম্নদবা। চীংলক্তা লৈবা লম মচেৎ অমগী নিংথৌ ওইহনবগা, ঐগা লান্না পানি হাইনা খল্লিবা!" বগিদোসি, মিতি মন্থা বান্দুনা হাইবা সেনাপতি অদু কৌশিল্লুনা—"সেনাপতি! অথম্নবা মী লিশিং কুহ্লানা সাবা তেঙ্গোন অমা শেম্মিরগা, মণিপুরগী নিংথৌ মারজিৎতু মণ্ডলা থৌরিনা পুন্দুনা অসি তান্না চিংহনা পুবিরকউ। উশিং থৌওযদবা মীতৈ লৈপাক অদুস্থু, কাং-খোং চাইনা থুগাইবিরম্মো। খোইচৎ-ৱাংচৎনবা মীতৈ পুম্নমক হাৎপিযু নত্রগা মনাদা য়াইরিনা লেংহনা পুবিরকউ—অসিদা মীনাই ওইহনসি। মীতৈগী মযুম অমকাওবা খাক্লনা থুদেক্লুনা, খুন্তাক-লানসি ওযহনবীরম্মো। মসি তাবদা সেনাপতি— "ঙনি, স্নায়াথৎ ইকোকবক্তা খোংক্লনা, ননাই ঐহাক চৎচগে। ননাইসিং মীতৈ মচাসিংসি, লিংজেল ফবদা, হৈ-শিংবদা, ঐখোই মণ্ডাইরে হাইবা নাপন অমা কাবি। লন্দাং-থুমদা, ভারতা লান্না লৈত্রবা শ্রীযুৎমকপুস্থু উশিৎত্রিবসি, মারজীং মতোমদা শক্তে, ননাইসিং মীতৈ অপুম্বনি। সনা য়াথং মতুং ইন্না, চীংমচাশিংসি, হন্দক্তি কাং-খোং সাহল্লমদবা য়াক্লে।"

সেনাপতি অসি, অখল্লবা লান্মী লিশিং কুম্থ্রা, মতুংগি চেংজেল পুনবা বেগারীন-চিংবগি খোরাং লোইদুনা বগিদো নিংখোদা হুঙ্গৎলে। বগিদোসি - "হাইরুহুনা কান্নদে, সেনাপতিনা হেন্না খংবিরিবহনি—মুপী মশক কজবনে, ঐখোইগি লৈপাক্তা কান্নখদোবা মীতানে, মসিদি থাকপিরম্মহু, অদুগা, কাংজেং-সাগানম্ভ ওন্থিনা মথৈ কাদুনা পুবিবকউ। ঐখাইদ নোঙ্গহনা চংজবকপা মীশিং-তদি, সুবলবু নিংথৌ হাপ্লিবগা, ঐখোইগী পোংলোয ওযনা মাপী মথাদা লৈহনবীরম্মু"। যাথংসি মকোক্তা থোংহুনা, সেনাপতিহু লাপ্মি মযামগা লোইননা মণিপুর তম্না খোশঙ্লক।

মতম অদু মীতৈগীদি খোংমী অমম্ভং সগোল তোংবা সিঙ্কাই লিশিং তরেৎ নিপানমুক্তা মরৈরম্মি। কবোনা অপুনবা শক্তি লৈত্রিদ্রে, অমদি পর্তুগীজশিংনা খুৎলাই পিত্রিদ্রেদদি— শগোল তোংবা, ফীমু শেৎপা, অবাম্বাই য়ানবা মীতৈ থরতনা, কথা মযাম-মযামগা লাম্বা পাব যাবম্মি। অপুন্বগী শক্তি লৈথিবা অমম্ভং খুৎলাই ফবা হেনখিদ্রেদগীদি, অম্বাম্বা মতমদা কবোনা লাকচরে। অদু ফনা ওইদুনাম্বু মীতৈগী পুৱিংদা গুকংপদি তৌদে। থাইনগী চৎনলোন্দা হাইবম্বা—'কবোগী অহুমলক পাংথবী' 'কবো মন্ডাগা মীতৈ অমগা।' হাইব-শিংহু, চুম্নী রাহৈতদা তাত্রি। মীতৈনা সরীং-সরাং অমম্ভং হুরান-লান্নাদা, যান্ন হেনবা মরম্না খুৎলাই পাইবা কবো চামা-চনিদং-কক্তা চৎপা উববদি মথুৎতা পাইবা নোংমৈ হেক-হেক মুল্লম্মি।

য়েক্লবা চংঙকই-চংঙক্কে য়েংবা কাংবুনা তম্মহুনা, মারজিংসি কবো লাকপগী পাও তারে। লৈপাক্লা থিনা ভাংনবা, অমস্তুং মসাগী নিংঙমদবগী মৈশা কোক্লবা মারজীংসি ভেঙ্গোল থরহগা কবোনা তারকপা ভাইহুনা লৈবে। অদুদগী, য়েক্লবা কাংবু অনি অহু হনবা লৈনদনা থেংনবদা, মীতৈনা লিশিং অহুমবোম, কবোনা লিশিং তরেৎমুক শিন্নবা মতমদা মাবজিংসি লান্দা মাইপাকপগী আশা উবকত্রহুনা মণ্ডল-মণ্ডল থন্নক্লে। "মীশিংগা থুংলাই হবগদা হেনবা য়েক্লবগা, হন্তবা লৈতবা লিংজেল চেনবা মীতৈ খুঙ্গাক অমতংগা থেংনবদি, মৈমুংদা ইকং লংশিনবগুম্বনি। অতনা, অপং-থৌনাদা থৌরাই থাবগী মহুত্তা তুংগী আশা য়েংবনা হব দৌমাপ্ল হাইনা খন্দুনা, চেন্নবা থৌবাং তৌ'র।" লান থেংনদ্রিবৈ মমাং-দনা, শ্রীগোবিন্দদি, করিগুম্বা মাইথিবা থেক্লবম্ব য়েক্লবগী মথুত্তা তাখিদনবা হাইহুনা, পুম্নাশিংগা, নিংথেম-নুবীশিংগনা পোৗগন তৌহুনা, হচি অমদা থৈদোক্লুনা থমখি। মাবজীংসি পাওচেনবা মীশিংবু, হান্নবা মসা পান্দুনা লৈবনা মণিপুরদা— "মতম লৈরি-ভৈঙসিদা, নংগী-নংগী জীব হিংনবা চেন্নখ্রা" হাইনা পাও চেন-থোকহল্লগা, চেনগদৌরিবা মীশিংগি মতম ফংনবা, হুমিদাংরাই ফাওবা লান খাংহুনা লৈবম্মগা, কাছাবব্বামদা চেনখ্রে।

মীতৈশিংহু অভম্বনা মনিপুর রাজ্যমো লান্না চেন্নখ্রে, ভমদবনা চীংদা হাইগংনখ্রে ভমদ ভমদবনা লোত্তুনা মথন্নাই হিংনবা হোৎনরে। মারজীংনা চেনখ্রবদা কবো সেনাপতিসি—"ভসদ

নুমিৎ তাখ্রে, নখোইশু ৱাররিনি। হয়েং নোংডাম্বদগীদি খুল্লক্তা চংহনা, ননিং-নখা তৌনা ওৎ-নৈদুনা চৌং মচাশিংসি অকিবা খংহল্লু। নখোইগী শরুক তমথ্রিরৈডেদা, শ্রীযুক্তা কৎনবা মশা-মউ কবা মুপা লিশিং তরা, মশক কজবা লুপী খন্দুনা লিশিং তরা, অদুগা, কাংজৈ চাবা সগোল লিশিং মঙাদংদি হাম্না ফাহনা পুম্বকউ। অদুদগীদি নখোইগী ননিং তৌনা হাৎনিংবা হাৎলু, ফানিংবা ফাও, লন-থুমসু ননিং তৌনা খোম্লু। মখোইগী মরক্তা, মাইবা, পাঙ্গ্লা অমসুং মখুৎ-হৈবা মী থেংনরবদি ফাহনা নিংখৌ-রেন্দা কৎকদৌবনি। হাইবিবসিংসিদি শোইবা যাত্রবা পোৎনি। অদুগা, নখোইগী নখোং পাইহনা লান্নে হাইজবা মী অদুদি, নখাইগী লুচিংলিবা সর্দারবগী মাথৎ লৌরগা, তোংঙাম্না মকম অমদা লৈহল্লু"।

নুমিদাং অদু, কবোশিংহু হরাওহনা কনাম্বু তুম্বা য়ানজ্রে। অসিনা, নোংঙানবা ঙাইডমদনা হৌগৎনহনা সঙ্‌-অঙ্‌ ওইনা য়ুমথোং থুদিংদা চংহনা হিংচা-য়াইতম্বগী থৌদো তৌখিবশিংদুদি করি হাইনা শিংথানি। অহানবদা, থেংনবা নিংঙাই চাউথা কাংদুনা, লুপী-লুপা থাক্তনা হাৎলগা, অতৈনা ফাহনা মনাপা মখুবাক্তদা য়াইরিনা লেংহনা কবো তান্না পুশেন্নে। মীনাই ফাবা অমসুং লন খোম্বগী থবক লোইরবদা, অদুদগী হেন্না তাহৈ-উহৈত্রবা থবক তৌবা হৌবে। —অশোন-অনা থেংনেব-শিংহু থাও অশাবদা থাদহনা হাংলি, অঙাংনা মখোং পাইহনা

লৈপাক্তা হাইহৎনি। করি করিগুম্বদা, অসোন-অনা অমসুং অচাংবচাশিংদু ইমুংদা হোইজিন্নগা, মোরোক সংবাই-সংবাই থাদুনা অৱাবা পি। মহদা হাদুনা, অমসুং শোব ফুন্দূনা শিবসু য়াওই। শিদবনা, থাংনা কক্কুনা হাৎলি। অসিগুম্বা লুংশিহৈতবা থৌদৌ-শিংসি তৌরগা মুডাইবা কুম্মৈ ওইনা য়েংনৈ। মতম অদুদা তৌখিবা "অৱা-মীহাৎ" অমসুং "অৱা মীহাই" হাইবসি হুজিক কাওবা মীতৈগী চৎনলোন্দগী মুৎত্রি।

অসুম্না, থা অনিবোম ওৎ-নৈবদা, মী লাখ মরি মঙারোম তারব্বা লৈপাক অসি লিশিং অহুম-মরিরোমদা গুাইশিল্লক্কবদা, সেনাপতি অসি লাম্মীশিংহুদা, নৈবা তোক্কবা য়াথং পিরে। অহুদগী, কবো নিংথৌদা থনবা, সুবল কৌবা লুপা অমবু নিংথৌ হাপতুনা, কবোদা চংজবা কাংবুশিংদু মাগী প্রজা ওইহল্লে। সুবল নিংথৌসি মাগী প্রজা ওইনবা মী খোম্বা হোৎনবদা, লে'ত্তুনা হিংহৌবা মী খরতুগি মমুংদগী কোঙাই অমদি - কবোগী লোয় ওইগদৌবগী সরুক-পুম্নি শিবনা হেম্না কৈ হাইহনা, শিনখিবসু য়াওরে। ওঙ্হোকপনি! মতম অহুগী মীতৈগী ঈদা তোংদা চুহ্নবা লৈত্রবা — "লিংজেল অমসুং মীথা পোম্নিংদবদু" হুজিক অসিদা মশক উখিদ্রবসিবু পুম্নৎ মুৎ-প্রবনরা? নত্তনা, খুগলবা থম্মোইগী কাচিন অমদা চেংনা লোংতুনা লৈরিত্রা? শিবা ওমদবা মীনা মশানা য়ানিংদনা কবেদা চংজরে।

## [২]

## মনিপুরদা অনৌবা য়েনিং হুনবা। কাছার লৈপাক্তা গম্ভীরসিং।

মনিপুরনা খুন্তাক লান্সিবা মতম অসি, ভারতকি অরাং নোংপোক লম অসি অইংবা মশক থংনরকত্রে। মতম অদু, কবোগী নিংথৌ বগিদৌনা থরাইদগী হেন্না খুৎকল-পাঙ্গল্লম্মি। মাগী, হুংশি-হৈতবা অমমুং মনিং-মথা তম্বা থৌদোনা, আসাম, জয়ন্তিয়ানচিংবা মক্ষমশিংসি লোইনা মিপাইনরে। মতম অদু, লান্দা মাইথিবা লৈপাক অদুদি, অঙম্বনা, মনিং তৌবগী চৎনবী লৈরম্মি। অদুবু, মীহাৎ-মীপুম্নচিংবা তমথিবা থৌদো তৌবদা কবোগা লাম্বা লৈরম-দে। হায়রিবা লমশিংসিদি, কবোগী লোয় ওইরবমক্তদা, মাগী মনিং তৌবা সাজৎনা মী পুম্নমক লোইনা মথুম-মরাং হৌনরে। শেন পাইবা মী লৈবা কিনবে, মশক মতৌ কজবী মুপী মপান থোকপা য়াত্রে, কবো লাম্মীশিংনা কোইচৎ চত্তুনা, মথোইগী য়াকা মতুং ইন্দবা 'মীহু মনিং তম্না হাৎপা-থিনবনচিংবা তৌরক্লে। লোয় ওইনা লৈবিবা নিংথৌশিংদু, লৈজৈ হাইবদা মঙায়রে।

কবোনিংথৌশিংগী হৌনবী মতুং ইগ্না, বগিদৌ অসিমু মশাবু মীথোয়-মীহেনবা,—মানা তৌবা থবক্তা, মী কনাগীমু য়া চংকম লৈতবা, লায়না থারকপা ওয়না থল্লম্মি। মতম অসি,

বৃটিশ সরকারদি, ভারতকি মফম পুম্নমক লোয চল্লগা, অরাং-নোংপোক্কি লম মচেৎ অসিদৎ চন্দত্নুনা লৈরি। করোগী মরিং তৌবা সাঞ্জৎ অসি, বৃটিশনা খুত্থম চনবা লমদা তৌকবস্থ য়াও-দনা, মতম-মতমদা মুঙাইনদবা তোইনা থোকখি। বৃটিশসিংসি মতম অত্থমক্তদি, অরাং-নোংপোক্কি লমসিংসি খুত্থম চন্নবগী আশা তৌদনা, মখোইনা লোই-চল্লিবা লমসিংদু মরাচেৎনা ইংনা থম্নবগীদমক শাসন নিংথিনা তৌরম্মি। চংক্তফম থিবা মীবু মখোইনা পানবা লমদা লৈহল্লম্মি। অত্থনা, করোনা ওৎ-নৈবদা থাংবা ঙমদবা মীশিংনা বৃটিশনা পানবা লমদা চেন্দুনা লৈনরম্মি। অস্থুম্না, করো নিংথৌ বগিদৌসি মনিং তৌনা বৃটিশকী মী কাবা অমদি হাৎপদা যানিংদবা উৎত্নুনা ক্ষতিপূরন তানবা— মানা মুংঙাইতবা মীশিংবু চংক্তফম পিবা— মাগী লাম্মীশিংনা বৃটিশকি লমদা মনিং তৌনা চৎপা থিংবা,— অসিগুম্বা থোদোশিং অসি তোইশিল্লকলবদা, সাহেবশিংনা মাবু উশিত্তবগী ঙমখৈ য়োঁয়ে হাইনা খন্দুনা, তাম্মোকখ্রপে হাইনা মপূক্তা লেপলে।

সোমদনা, হান্নদগী হৌনা বৃটিশসিংসি পর্তুগীজ হাইবা, মখোইগুম্না ললোনবা লাকপা কাংবু অত্থগা, লম্লান-ইতিক্কি মথমদা য়াম্না মুংঙাইনরমদে। অত্থনা, পর্তুগীজশিংসি বগিদৌগী অশাওবদা থৌথোংবদা নত্তনা, লাম্মিশিংদা অনৌবা মওংগী খুৎসু-খুৎলাই পিত্নুনা, চাওখৎপা মওংগী লান মতৌস্থ ভগ্নিরে। বগিদৌসি মাগী লাম্মীশিংগী হৈ-শিংবত্থ উবদা তারক্তা লাপ্না লৈত্রে

হাইনা থন্দুনা, বৃটিশ তাম্মোক্রবগীদমক শেম-শাবা হোগংলে। কুটনিতিদা হৈ-শিংলবা সাহেবশিংস্থ অরোনবা ছুতকি মচিন্দগী কবো নিংশৌনা তৌরিবসি থাদুনা, লাম্মী পৈশিনবা তৌরে। অদুমকপু, যাঁরবা-মথৈ লান থোক্রদনবা রাখনস্থ তৌরম্মি।

গম্ভীরসংদি, নাকল অনিমরা তৌনরিবা থৌরাংসি উত্তুনা, —লানবু থোক্ররবদি, অবাং-নোংপোক্কি লম মচেৎ অসিস্থ বৃটিশনা লোই-চনখিবা তারে হাইবা থংলে। অদুনা, বগিদোনা, হান্নগী যেক্রবগী রাখল থাদাক্লুনা, মকপকি রাখন্দা লৈনসি হাইবা যাবা থোক্রবদি, সংতবক মাংয়াক্লা তৌগদৌরিবা লান অসিদা অতম্ম মতং পাগে, হাইনা খংনখি। অদুবু, লৌশিং থেনবা, বগিদৌসি —মীচেৎ ওইদুনা, মীগী লমদা তাংদুনা লৈবা মীগা, মকপকি কিতমদা লৈনবদি চোম্মি হাইদুনা যাবক্কে। মানা মহেল্ল হাইবা নাপন্দগী, মীচন ওইদুনা কাছার লৈপাক্লা লৈরিবা নিংথৌ মচা পুন্নমক লোয ওইনা, খুনা কবোদা মকোক নোঙ্গরদ্রবদি, লাম্মী পাবক্লুনা লোইনা কাহনগনি, হাইনা খং- হল্লকই। মসিদা, বগিদোনা যাবক্তবসি মীতৈগী লাইবক ফবনি হাইবা যাহ। কাছাবদা চেন্দুনা লৈখবা নিংথৌমচাসিং — চৌবজাৎ, মারজাৎ অমসুং গম্ভীর, মখোই পুন্নমকস মনিপুরনা স্বাধিন ওইনবা হোৎনবা নিংবা মী ওক্কনি। মখোইসিগী মরক্তা, গম্ভীর সিংনা, মবৌসিং, তুংগী পোমিৎ উবা, অমসুং শিবা কিদবদা পুমহেন হেন্নম্মি। কাছাব লৈপাক অসি, মচিন-মনাও অছুম

অসিনা লিংজেন মান্নদবদগী মতম থরা মথুম-মরাং হৌক্নবনস্ন, গম্ভীরসিংনা তাইশিন্নবা হোৎনবদগী মহৈ-মহৈ যাম্নখি।

সোমদা খুন্তাক-লান্সি ওইদুনা লৈববা মনিপুরসি, লৈহাও কবা লমদা হৌবা উপানবু মখোং পেংনা ককথৎলনস্ন, অমুক, থুনা এনিং হুনবগুম, অনৌবা এনিং হুমক্রে। গম্ভীরসিংগী মচা-শিং থোকপা হেৰাচন্দ্র কৌবা, লৈপাক্না যুমজাওম্না হাইনা থংনবা নহা অমা লৈবম্মী। মসি, মনিপুর রাংমা লাম্না চেনবা ভস্বর মীতা ওইরবস্ন, মবৈবাক্না অরাবা তারমদাইদা পাদোক্লুনা চৎপা পামদহুনা, চৌংদা হায়গৎতুনা লৈবম্মি। মান, মমাম্নবা মথরাই শোক্লবা নহাবোন থবগা হৌনদুনা, কবে খংহন্দনা থুন-থুন্দ চংলগা, অরা-অনাগী মতোং যাম্না পাংখি। মখাইদু কবোগী তমথিরবা থোদোসিগী লম্মন খুম্নবা থবক পাইবা হৌগৎলে। বগিদোনা, থোক্লগদৌরিবা লান অসিগী লানওং শিনবদা, ইম-কালদা অথম্নবা লাম্নি থর লেংদনা থম্মবদি, থাদোক-থাজিন্দা খুদাং চাবা হেনগনি হাইনা থন্দুনা, কবো লাম্নি লিশিং তরুক থম্নবা যাথং পিখি। মখোইদুগী শেংনা চানবা অযাম্বদি কবোদগী হেক হেক থাই।

যুমজাওম্নাগী কাংবুহু মী চামবোম শুই। মপোম্নত্ত, সরুক থরা থোক্লা থাইদোক্লগা, লুচিংবা অমম্মনা চিংহুনা, থবনা, চৌং-লম্নিদা অচা-অথক থিনবা লাকপা কবো হাৎনবা থরনা, ইম্ফালদা লৈক্লিবা কবো লাম্নিনা চোইনা থোরকপদা হাৎনবা শিন্নখি।

মনিপুরনা মী তাদ্রবনিনা লৌ-শিং উবিনবা লৈতহনা, চানিংঙাই লৈতবগী অরাবা কোন্নবা, কবোদগী মুনবা পোৎ-চৈনা চানবা শেংনবা ওইনৈ। যাম্না ক্ষংবা থোক্লগা লৈতা-লাইবা থন্দুনা যেংথোকই। মথোইত্তু, মফম অযাম্বদা মাগী-মাগী পিন্থা পাং-থোক্লেদি হাইদবু, নোংমৈ য়াওদবনা থবক চংথবা খরা ৱানা থোকই। মবম অসিনা, অরাৎপসি কোন্নবা গম্ভীরসিংদা হাইরুনবা থন্ন’র।

মতম অসি, কাছারগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা লৈপাক অমু থ'দোক্লুনা চেনখিবদগী, মচিন মনাও মশেন যাম্রহন। গম্ভীরসিংনা নিংথৌগী থবক পুশে’ম্ম। গম্ভীর’সং অসি গোবিন্দচন্দ্রগী ময়াম্বা কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌনা, চ'ঙ্গফম পিখিবগী তৌবিমল কাওদ্রবস্থু, গোবিন্দচন্দ্রনা মাবু লৈপাক মাংদা তকাইবা পিখিবগী হুন্তাইহবা’ন, অদুগা, মীতৈ কাংলুপা অরাবা তাবিব’সা’ন, খল্লুবদা,— কাছা'র লৈপাক অসি মীবা চংদনা মতম খবা মখুত্তা থমলগা, মীতৈগী ক্ষিতম খব ফগৎলবা মতমদা, গোবিন্দচন্দ্রবু কৌশিন্দুনা নিংথৌ ওইহনগে হাইনা খনখি। অদুনা, চেল্লকইবা মীতৈ পুন্নমক লৈকম-চাফম থংদ্রিনামখৈ, শ্রীযুৎ অসিনা পিন্ত-পিথকতুন থদম্বগা, অহানবদা কাছারদা লৈফম পিখি, মতুদগী চল্লক্তবা মথেনা শ্রীহট্টদা থাখি। শ্রীহট্টদা অহানবা চথিবা মীতৈশিংহু, লম অদুগী এজেন্ট সাহেবনা চিংনহুনা লৈহনরবদা, শ্রীযুৎ অসি মসা চত্তুনা—“মীতৈগী খুদোংথিরবা মতম অসিদা, মতম থবদংগী তাংঙ্গফম থিবকংনি,

লৈপাক ইরাং হৌনবগীদমক নত্তে" হাইজরুবদগী, চংথোক-চংশিন তৌবদা অপনবা লৈখিদে। সাহেব অহু গম্ভীরসিংগা মরি-মথোং থিনহুনা রারি শানবদগী, মাগী পূকচেল খংলহুনা, চান্নবা মরুপ ওইনখি।

যুমজাওম্নাহু, কাছাবদা লাকুনা গম্ভীরসিংগা উন্নরে। গম্ভীরসিং অসি, মন্নুংগী মী থমহুনা কবোগী অচেৎ-অকোম, অম্সুং, মীতৈনা ওইবিগা ক্বিভমগী পাও তহুনা লৌবা মরম্না, নহারোনসিংনা তৌরিবহুসু তাহুনা, যান্না উননিংনা লৈরম্বগা মতা চান্নবে। যুমজাওম্নানা হঙ্গৎপা পুন্নমক তারগা থাগৎতুনা—"নখোইনা তৌরিবহু কথবা পোৎনি, ঐনা ছোংনরিবসিসু, মনিপুরসি কবোগী মখুত্তগী হান্দাকপা ভম্নবা লাইবক যেংভিবনি। শ্রীগোবিন্দগী কুপা লৈববদি ঐখোইনা নিংভিবসি প'কুইদি কুইরোইদোয়ে। —নখোইদি মী কয়া সুবে?" —যুমজাও— "ননাই ঐখোই মী ১০০ সুরম্বদগী, ৫ দি যেক্রবগী নোংমৈনা পান্দুনা শিত্রে, ননাইশিং অতৈসু য়াওগে হাইদুনা লাকপদি ফনা যান্না লৈ। খুৎলাই রাৎপসিনা খুদোং ইচা-চাত্রি।" গম্ভীরসিং— "নোংমৈ অকবাসি পাক-পাক হেক ফংদে। থংনবা পর্তুগীজশিংদগী লোন্না লৈদ্রিবনি। হুভিকমক্তা পিবা ভমগদোবা হাইববু নোংমৈ তবা-হুমদোইদগী হেন্না লৈত্রে। অসি নত্তবা, হান্না সুনরম্বা থরসু লৈ, কান্নগদোবা লৈববদি মহুসু পুখো। নখোইগী নরা তারগা, থরা য়াম্না পিবরুবা থোবাং তৌরকে।" যুমজাও— "স্নাচবনগী

কুপানি, য়াম্না ফবে। অনৌবা নোংমৈসিনা হেন্না কৈদি হাইববু, ঐখোইগীদি ফংঙিবা মথৈ কাম্নবা ঙাক্কনি। ননাই ঐখোইনা শিঙ্গিন্নবিবসি থাইনগী নোংমৈ অস্রবী তবানিপালদনি।" অস্রুম হাই-নহনা নোংমৈশিংদু পুরগা য়ুমজাওম্নাসি মনিপুরদা খোকখি।

য়ুমজাওনা মনিপুরদা হেক থংভবগা, মমান্নবাশিংহু পানি নাইনহনা নোংমৈ শিঙ্গিন্নবা তম্নহনা, মতম থরতগী মমুংদা খুৎলোইনরে। হান্নন, সবিৎ-সনাৎ অমসুং হুরান লান্না হৈবগী মথক্তা, নোংমৈগা যাওববনিনা, খবক য়াম্না পাংশিনবা হেন্নে। কবোশিংহু, খোশাবমদবদগী থোশাদবা য়াবকত্রে। চানবা থক্কবা পোং ফংঙিন্নকত্রে, চোইনা মপান খোকপা যাশিন্নকত্রে। অসিনা, মীতৈ ডাকু ফানবা কোইথি পিবা লাক্রবে। সোমদা, মীতৈ ডাকুদি মশিং হেনগৎলক্লুনা চনিরোম শুঙ্গিল্লক্কে। কবোনা খুদোংখিবগী পাও অসি তাবদা, গন্তীবশিংমু খুৎলাই রাক্তনবা পোরাং তৌবক্কে। সুবল নিংথৌ অহুমু কোংনা মপানগক্তা খোকক্ল, কবোগী মিচং চংহুনা পাওপিবা মীশিংগী মমুম মৈ থাহুনা মপোং-মচৈ মুংত্র, হেন্দাকপা মী খবদি হাৎপমু য়াওখ্রে।

ইম্ফালদা মীতৈ ডাকুশিংগী লোৎফম অহুম-মরি লৈরম্মি। নোংমা, কবোগী পাও পিবা মুপা অমনা তমহুনা, কবোশিংহু, লাঙ্গোল চীংবক্তা ডাকুশিংগী লোৎফম ওথবি হাইবা পাও অসি তারে। পাও পিবা মুপা অহুমু থাঙ্গশেংবা মকমদি খংদহুনা, অসিমক্তদনি হাইখদি, হাইদে। কবোশিংহু, মতুং নোংমা কৌন্দা,

সেনাপতিগী য়াথং মতুংইন্না চাওমুংকেল হাইবা সার্দ্দার অমগী মখাদা কবো লান্মী ৫০০ থমহুনা ডাকুসিং ফাবকবা থৌরাং তৌথি। ডাকুশিংগীস্থ, কবোগী মী শাক্তিমহুনা, মথোইগী চৎ-থোক-চৎশিনগী পাওপিবা মী লৈরম্মি। মথোইনা তমহুনা, হয়েং নোংঙানবদা লাকদৌরিবা কবোশিংগী, মবোন পুম্নক থং-লবদা, মীতৈ ডাকুশিংহু, হযে' তৌগদৌবা থংক শিন্নবগী-দমক য়ুমজাওস্নানা অথুবা পাও থাবে। ডাকুশিগী মরক্তা, য়ুমজাওস্না, ধর্ম্মসিং, বিজয়, তোম্পোক অসিনচিংবা মী থবনা লুচিংওম্মি। ময়াম তিন্নহুনা থন্নবদা —ধর্ম্মসিংসি কবোলোন য়াম্না শেংনা থোকপা, অমস্থুং শক্তাপ্থ কবো মাম্বনা, অচা-অথক খিনবা লাকপদগী মীতৈনা ফাহৌবা কবো শাহুনা, হয়েং কবো লান্মীসিংনা হেক থোক্লকপদা উগদৌবা মফমদা লৈনবা শিন্নরে। অহুগা বিজয়বুনা ধর্ম্মসিং তান্নবকপা ডাকু শাননবা থৌন্নাং তৌহল্লে।

নোংঙাল্লবদা কবো লান্মীসিংহু চাবা থকপা লোইনরহুনা লাঙ্গোন তান্না চৎকদৌবগী থোক্লরক্লে। চাওমুংকেল সর্দ্দারহু, বিজয়গা কবো শারিবা ধর্ম্মসিংগা ইন্নবন্না, —অহদগী, ময়ামহু থোক্লকপহু উবদা বিজয়না কিহুনা চেনখিবহু উবদা, লাগ্নি থর-দা—"তান্নু, তান্নু, চেনখ্রিবসি মীতৈ মাল্লি" হায়রম্মগা, ধর্ম্ম-সিংগী মনাক তান্না প্রপ-প্রপ চংশিল্লক্লে। ধর্ম্মসিং, (ইন্নক্কবহুনা মাহুনা সোর থবেৎ-থবেৎ হোন্না) ইস্ শিন্নমগনিদা। ময়ামগা

খেনেবমথ্রবদি থরাই শোইদনা মাংডমগনি। সর্দার— "নংবু, ঐখোইগী কবো নত্রা?" (ধর্ম্মসিংসি চাওমুংকেনগী কিজেৎ উবদা সর্দারনি হাইবা খংদুনা) — "সর্দারবু ননাই ঐহাক কবোনি"। সর্দার—"চেনখিবদুনা কনানো?" ধর্ম্মসিং—"ননাইসিং মীতৈ ডাকুগী কাংবুনি"। সর্দার—"নংদি লাম্মিম্ন মান্দে করম তৌরিবা ঙাংনো?"—ধর্ম্মসিং—"ননাই ঐহাক মযামগী অচা-থক শিনবা, কবোদগী লাকচবা কাংবুনি। চৌং যৌরকপা মতমদা, ননাইসিং থবা, ইথং-থংহৌদনা থোরকুনা, ননাই ঐখোইগী কাংবুগী মীশিং লোইনবা হাৎলগা, ননাই ঐবুনা কাদুনা, মখোইগী লাঙ্গাল হাটবদুদা, থবক শিজিন্নৈ"। সর্দার—"ডাইখো, ডাইখো, নংবু লাঙ্গেন্দা লৈ হাইরিবা মখোইগী লোৎকম অদুগীরা?" ধর্ম্মসিং— "মানি সর্দারবু। ননাই ঐহাকপু, মদুদা থা অনিরোম ফাদুনা থবক শিজিন্নবগী, ভবাংদি, চেনবগী খুদোংচাবা ফংদুনা সর্দারখোইগী লৈফম অসোয়দা চেঙ্গবকপনি। মুংদা দগী লোৎ লোৎতুনা, চেল্লকপদা, ননাইশিং থংনবকুনা তান্নবকপদগী, তৌরি-বসিনি। সর্দারখোই খেনেবমথ্রবদি, ননাই ঐহাক শংদি শোইজে।" সর্দার—"নংগা উনবসি ফজুম করে। ঐখোইস্ন মীতৈ ডাকুশিংদুগী লোৎফম খিবা লাঙ্গান চৌং তান্না চৎলিবনি। নংদি, মখোইগী লৈকম অদুদি থংব্রা?" ধর্ম্ম—"থংজে ননাই-সিংনা লৈরিবদুদি শোংখ্রবা লোক্‌য়দনি, লম্বিগকা লৈবা পোৎ নত্তে। সর্দারখোইনা লেংবদি খরা য়াবা ত.ই। সর্দার—"য়ারবন্ন য়ানা ফাকদবা যাদ্রে। নংস্ন, লমজিংবগী মনা চাওনা পিগদৌরিবনি। ডাকুশিংসি কারগা লোইনা হাত্তোকবা য়াদ্রে।

কবোশিংহ্, ধর্ম্মশিংনা লমজিংছুনা খরা চৎলগা, ধর্ম্মসিংনা —"আদা উমিবা খোংলম্বী মচা অসিগী মতুংইন্না খরা চৎলগা, অশোংবা মফম অমদা, মখোইগী লৈফমদু হেক্তা মরৈরে।" সর্দার —"অছুদি, কাখৎলো। ফোজসা। চীং অসি কাগদোরিবনি। য়ামনা চেকসিল্লু।" লাম্মীশিংছু পবেং ওইনা চীং কাম্বা মতমদা, ধর্ম্মসিংছু লম্বীগী নাকন্দা লৈবিবা অসোংবা মফম অমদ, মশক উখিদ্রে। সর্দার—"লমজিংবা নংবু কদাইদনোনে।" হাইরি-ঙৈদা, মথক্তগী মুংঙ্গোও ময়াম ওন্থরক্লে। লম্বীশিংছু থৈদোকে তৌবদা, নাকন অনিদগী, মুং, তেন অমম্বুং নোংমৈ তত্তুনা কাপ-শিল্লকত্তুনা থৈদোকপা যাহন্ত্রে। লাম্মিশিং— ইঃ,—শিরে-শিরে, ঐরো-রো। লোইনা শিবা তারে কমদোনি—সিদে! লাম্মীশিংছু তৌনিংঙাই লৈত্রে, লৈবিবা অতুদগী ক'রগুম্বা অমত্তা লেংথোকপা য়াহন্দ্রে। সর্দাব অতুগা, মী ১৫০ রোম শিরে, অশোকপম্বু ফনা যামনা য়াওরে। লাম্মীশিংছু উপায় লৈত্রতুনা— 'থোরাইদদি কললু, থোরাইদদি কললু" হাইনা লাওনরকলে। অদুদা, মশক উদবা ডাকুশিংনা— "নখোয়না তৌখিবা হিংচো-যায়তম্বগী থৌ-দোশিংছু নিংশিংঙু। হাৎলু, হাৎলু, মুংশিবা যাবা মী নত্তে, হাৎলু।" কবোশিংছ— "ঐখোইনা লানবনি। থোরায়দদি কনবীযু।" হাইনা হাইনা অশিবা মীশিং ফনা যামশিল্লকলে, শোক্তবা মী য়াওশিল্লকত্রে।

মীতৈ মরক্তসু— "লৈপাক মচাশা, য়েংহৈহত্রে তৌরিবসি। মখোয়না হিংচা য়ায়তম্বগী থোদো তৌবগী,— অয়াম্বনা শিরে,

মশা শোক্তবদি কনাস্থ য়াওদ্রে। হিংলিবা ৫০/৬০ সিদি কনবিরসিদা।” মযামহ্ “করে, করে’ হায়নরবদা, যুমজাওস্না —“ঐখোই মীতৈদি নখোইগুম্না মীপুংশি থংদবা জাৎ নত্তে। নখরাই হিংনিংলবদি, নখুং-নখুত্তা পাইরিবা নোংমৈদু থাদোকও।” লম্মী খবহ্ খুৎলাই থাদোক্লবদা, নুমহ্না লৈনরম্মিবা মীতৈ-শিং মপান পোক্লক্লে। অস্থুন্না, কবো চামডাগী মপুংদগী ৫০/৬০ দংদি মথরাই কনখিখি।

অ’সগী মতু’ পুমিৎ ১০/১৫ নি কোনবদা, শ্রীযুৎ গম্ভীর-শিং’স, ক’বা লাম্মী শাহুনা, কবোগী অচেং-অকোম যেংনবা মনিপুরদা লেংথোক্লম্মি। অরা-লাম্মী মবক্তস্থ শ্রীযুৎ অসিগী মী লৈবনা ম’খাইগী খুড়িম্না’ ইম্ফালগী লাম্বন মপুংদা হুমিৎ নিনি-ছুমনি লৈহ্নে, কবোগী অ’চেং-অ’কোম অমস্থুং থংনিবা রা পুম্ন-মক থখি। অচুদগী, মীতৈ নচারানশিংনা তৌরিবহ্ যেংহ্না মখোইগী মরক্তা মতম খরা লৈরম্মি। মনিপুরনা খুন্তাক-লৈতাক-ত্তুন’, যুমজা’ও, ফুবা অমস্থুং দলম্না লৈতেংবা থুন পুম্নমক, উ-রাগী শোলখ জঙ্গল ওইরিবা মতৌপ্ন উবগা, গম্ভীরসিংসি, তারক্ত’দৌবিবা মীংকি পি কন্না খাম্বা লাক্লখি। গম্ভীরসিংগী —মবৈপাক নিখগী মচান ত’শংনা তাববা মাইথোং অহ্ লৈ-থোক্তুনা পি খাম্বা লাক্লবহ্, পোগল চৎলিবা নহাশিং অদুনা উবগা, ম’খাইস্থ ম’প খাম্বা রানা থোক্লে। ওরাংতা শিখিবা অহম্রম্মনগী শকুম নিংশিংহ্না’, লংকৈদগী থুংডবা মচানা মথরাই

শোক্লা, মীদি উদনবা কপ্পগুম, গম্ভীরসিংনা কপ্পত্ন উাদ' ময়াম অহুম্ন কপ'লে। ময়াম অহুগী পূব্রিংদা লৈবিবা, লম্মন খুম্নবগী অচেৎপা রাবেপশিংন্থ, অমুক হেন্না চেৎ'শনবা হেনগৎলে। মতম অহু, কপ্পা হাইবসি পুক্লিংগী খাংঙমদ্রবা মৈচাক কোংদাকপ-দদা শিজিন্নবম্মি। থোঞ্জেন থোক্লা কপ্পদি ন্নপী-অঙাং কাওবা চোপ্লরম্মি। হ'জিক্তদি কপ্পগী অর্থ লৈনদ্রে। ইকপ কপিংদবা মীম্ন "প্রেম ফৈ" হাইনবা পংকপ কপনরে মসি জাতিগী পুক-চেল শোম্বরকপগী খুদম নত্রা?

গম্ভীরসিং — ইনাওশা। ফিভম অম্নুম্না লৈগদৌবসি পংকুইদি কুইববোইদ্রা হা'ইনা খল্লে। অপ'বা কবো'শ'সি ম'খাইদগী হেম্না থুৎকন পাঙ্গনবা বৃটিশশিংগা লাল শোম্নগদৌবগী কন্না থোরাং তৌথংলে। মীশিংস্থ য়ামদবা ঐ খাইদি, তঙ্গা অসিদা মীখা পোল্লিবসি কোক্লবা লপী যেংহোবা শাইবত্ত মঙাইরে। সাহেবশিংদা কবোনা অয়ৌ-লংঙিবসি, ফনা কুইরক্রবনি। অত্তবু বৃটিশশিংনা খুৎমাং চাওশিম্নিদবদগী, কবোনা হাম্না খুংলাই থাবা ভাইহ্নুনা লৈরকপনি। হন্দক্তি মহ্ন থোক্ল'দাবে। —ধর্ম্মসিং —ননাইসিং সাহেব কাংবুগী মপাঙ্গন অম্ন'ক্ত কল্লগা, কবোনা তৌরিবা পুম্নমক্তা, খুকউ শেম্বদগী হেন্না কৈম্ন তৌদ্রিবসি ফনা —ঙকই। গম্ভীরসিং — মখোইসী কুটনীতিদা য়াম্না হৈ-শিংবা জাৎ-নি। মীতৈ রাহৈদা,—'চাদশিন্না চখোম চাও, য়েংদশিন্না মিৎ-লাওবা' হাইবদুগী থৌদৌনি, মখোইনা তৌম্নিবসি। অয়োনবা

মী থম্মহুনা, নৈপাক পুম্নমকনা তৌরিবসি ইখাং খংঙি। লান থোক্লগদোরে হাইবসি হায়না খংহুনা, মখোইগী মিচং ফাওবা হান্নবা খন্দূনা থমলবনি। মতম চাকাত্রি হাইহুনা হাইদোকতবদনি। ঐখোইসি মতম কুইনা কবোগা য়েংথিনরকলদা, অতুগা, মশকস্থ য়ুম্না খংবা কাংবুনি, হাইবা খংহুনা, মখোইগী মিচংদা লেপহনগে হাইনা খল্লি। ঐস্থ মতুগী তাঙ্লা য়েংহুনা নৈরিবনি। —বিজয়—ননাই ঐখোইগী আশা হাইববু শ্রীয়ুৎনি। মীতৈ পুম্নমকনা য়েংনরিবসি শ্রীয়ুৎতবুনি।

শ্রীয়ুৎ অসিনা, কাছারদা মীতৈগীদমক্তা তৌরিবা পুম্নমক, মনিপুরদা নৈরিবা মীতৈ লিশিং অহুম-মরিবম অসিস্থ, মীতৈ ডাকু অমস্তং অচং অওককি মচিন্দগী লোইনা তানারে। মখোইগী থম্মোইগ্লংদস্থ, চোংথোকপিনবা মতিক চাবা মীতা থোক্লকালে, হাইবগী খংঙাইহুনা, শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা তত্তুনা প্রার্থনা তৌনখি। অদুগুম্বা মীশক অহুনা, মনিপুরদা থোকলকই হাইবস তবদা, মীতৈ থবক উনিংবনা লাংতরহুনা য়ুমঙাওম্না-খোইদা লম্না তরুখি। শ্রীয়ুৎ অসি, মযামহুনা খুংশিবগী য়া তাবদা, থুদোংথিবা থোকপা য়াবা পুম্নমক থোশদনা মম্নামগা উননবা মুমিং অমা লেপখি। গম্ভীরসিংসি কবোশিংনা মশক হেক উবদ, ফাহুনা কবো তাম্ন। পুশেমগদোবিবা মীনি। মুমিং অসি য়ুমঙাওস্নানচিংবা নহারোনশিংনা, চিংনবা মীতা চংঙকপ্রা হাইহুনা চেকশিন্না য়েংখি। মহু তারগা শ্রীয়ুৎ অসি নোকুনা,— চেকশিনবা ফত্তে

হাইবা নত্তে, শ্রীগোবিন্দগী কৃপা হাইবা অমসু লৈরিবনি। মসিগুম্বা কাকমদা শিবগী রাথল তৌবা যাদে।

হুমিৎ অহু মতম চানা মীতৈ থর লৈবিবহু তিল্লরে। মযাদ্দু শ্রীযুৎকি মশক উবদা ভক্তিগী ইবা শিন্থনহুনা থুকম-লৈপাইনরে। শ্রীযুৎ অসিমু মীত্তা ইরা চেন্দুনা—লৈপাক মচা-শা; রাবিকবনু, চহি মুকসিগী মথুংদা মযামগী অরাবা কোক্লনি। মযাম—শ্রীযুৎ ইবুংঙো। মতম পুম্নমক্তা, শ্রীযুৎনা মঙ্গল ওইন-বতা হাইদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা নিজরি। শ্রীগোবিন্দনা লেপ্প-রক কৃপা তৌবিবা ওইরসনু। বিজয়—"লৈপাক মচাশা। শ্রীযুৎনা লৈতেংবিরিবা বংশ অসিগী থবক হাইবনু, মনিপুরগীদমক সুভাই-রাইক পুম্নমক থাদোক্লুনা নোর্ম্বনি। কর্তা মহারাজ হাইনা মিংথৈ হুনখিবা, মপা ইবুংঙোগী স্নাহাক্তকসু, থেলৈঙ্গুংনা তেলহৈবনা য়েক্লবা কবো পুশিল্লক্লুনা লৈপাক অসি অরাবা তারবদা, মপা ইবুংঙোনা অরাবা কযা থাংহনা কবো তান্থাকপিখি। স্নাহাক্তক-সিদসু, পুম্মুং-মুংলবা কাংবু ঐথোইগীদমক, মমল নাইত্রবা থো-রাই অসিগী পামমুবা লৈতনা নোম্বিবিবা অসিনি। মসি, মীতৈ হাউবা কাংলুপ অসিগী থম্মোইদা মযেক লানা" য়েক্লুনা লৈবগনি। গম্ভীরসিং—"ময়াম্না চানবিবা অসিদা ওম্থোক্লা সুভাইজরে। মীতৈ ঐথোইগী মীথা পোম্নিংদবগী পুকচেল অসি, চারোল-সুরোল মথং-মথং কাওবদা লেংদনা লৈবা ওইরসনু। মসিনবু লৈরবদি, কবোগুম্বা কয়াগী সুংশিহৈতবা থোদো কয়া নংহুনসু, ঐঙোন্দগী

চেনবা কয়া-কয়া চোংথরক্লুনা, লৈপাক্কি অরাবা কোক্লবা সোইদনা হেৎনরগনি। হোংবা নাইবা মতমগী, খোংলৈ মতুংইন্না, অসি-গুম্বা থৌদো অসি মতুং অসিদা, পনা থোক্লররোই। হাই-জবিবসিনি, পুকচেন অসিনবু লেংদনা লৈরবদি, মীতৈবু নমথদুনা থম্বা থক যাবোই। —ঙসিসি লেংজিল্লক্লে, মতম ফত্তবনিনা ময়াদস্থু হন্নবা তৌবিরো। ঐস্থু, ময়ামা পিনবিরিবা শিস্থা অসি পানবা হোৎনজক্করগে।" মতম অদু, মীতৈ পুম্নমক্কী পুক্নিং ইনৌ-লৌবা মতম্ম। অদুনা, ময়ামদু হৌনবী ভক্তি কৎনরগা, মীংকি পী কৎনদনা তন্নখি। মদুগী নোংডানবদা শ্রীযুৎ অসি মনিপুর থাদোক্লুনা লেংখি। মনিপুর রাংমা লানখ্রবা মতুংদা কবোসিংস্থু খংডকতুনা কাগদৌবগী কোয়খি থিনবদা, অবেম্বা তাদুনা তোকখি।

## [৩]

### গম্ভীরসিংগী থৌবাং।

গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌসি কাছার থাদোকতুনা চেনখ্রগা, অহাম্বদা, সাহেবতা চংজদুনা—"গম্ভীরসিংনা নিংথৌ খুডম মুনবিবে, অদুনা, অমুক হক্তিন্নবা মতেং পিবিয়ু" হাইজরুই। সাহেবশিংনা থন্নবদা, —মথোইনা খুত্নম চনবা লম মক্লদা থোকপা থবক নত্তবনিনা,

খুৎ খিংজিল্লুবা চুমদে হাইনা খন্দুনা, মতেং পিযু হাইবা যাখিদে। অতুদগী, গোবিন্দচন্দ্রসি, আবাকান্দা লৈবা করে সেনাপতিনা পুশিন্দুনা, বগিদো নিংথৌগা উন্নবগা— "মীতৈ নিংথৌ মচাশিং তিন্নহুনা মাবু তাম্বোক্লগা, গম্ভীবসিংনা নিংথৌ ওইহৌবা" অসিগী মরমদা ব্রাকৎলে। বগিদো—"মীতৈ নিংথৌমচাশিংহুদি, ঐখোইনা লান ওমলবা মক্তদা, লোয ওইযু হাইবা য়াদবা, মীচেন ভাক্তনি। মখোইহু কাবগা মতিক চাবা দদি তৌগ, হাইদুনা লৈবিবনি। অতুনা, বৃটিশ তাম্বাকপগী খোংফম অসিদা, ফাহনগ নংগী নবম হন্দোকপিরগা, নংবু নিংথৌ অমুক সোইদনা ওইহনগনি" হাইনা আশা পিবে। সোমদা, বৃটিশশিংসি, গোবিন্দচন্দ্রনা, মখোইগা য়েক্লবা কবোদা চংজবগী বা তারক্নে। শিলহেটকা ক্লেক তাই-নবিবা কাছাবদা, যেক্লবগী খোংদাফম পিবসি তৌহন্নদহুনা সাহেবশিংস্থু—গোবিন্দচন্দ্রবু মরৈবাক হল্লিনহনগনি হাইহুনা কৌবগা মখোইনা ভাক শেন্দুনা লৈবা মী-ওযনা থমহুনা, কাছার অসি মীতৈ নিংথৌমচাশিংনা খুৎখিংজিন্দনবা শিনবা হৌখি।

অমম্না, ভারতকি অরাং-নোংপোক থংবা লমসিদা, খোক্লগ-দোরিবা লানগীদমক ক'ংবু অনিমক শেম সানরে। গম্ভীরশিংসি তাঙ্গা চারে হাইবা খংলহুনা, নোংমা শ্রীহট্টগী এজেন্ট সাহেবকা উন্নরুই। এজেন্ট সাহেব অসিস্থু, গম্ভীবসিংগা, কাছাবদা খুৎ-খিংজিনবা তেংরবা, অমদি, লান অসিদসু বৃটিশকি মিচং ওইনবা রা ভাংনিংহুনা লৈরম্মি। সাহেব অসি গম্ভ রসিংবু তবাম-তরাম্না

কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নরগা, হৌনবা মতুংইন্না খংনা-চান্নবগী রাজি-রা-তাই ওহাক শান্নরে। অদুদগী, এজেন্ট সাহেবনা হংজকপগী মতুং-ইন্না, মনিপুরগী ফিভম—কাছারগী ফিভম—মচিন-মনাওশিং যাম্নদুনা মানা নিংথৌওইবা—বগিদোনা, সাহেব তাম্লোকপগী রনা মরু ওইনা খল্লগা, গোবিন্দচন্দ্রগী রানা লংজিন ওইদুনা কাছারদা তারক্কদৌরিবা, পুম্নমকসি হুগাইনা তম্মে। সাহেব—"ওসি, রাজা সাহেবনা লোংওকপসি যাম্না ফজে। ঐস্তু রা খবা হঙ্গৎচনিংদুনা নৈজরম্মিবনি,—থাঙ্গৈশেংবদি, ঐখোইদি লান তৌবস ইপাম পামদবনি। অদুবু, বগিদো নিংথৌনা ছুজিক ফাওবা খল্লিবা রাথল অসিনা মখা চৎখরক্লুনা, ঐখোইদা কাইরগদৌবা নৈববদি তুম্মন্না নৈবদ যারাহিদৌবি। —রাজা সাহেবনা তাকপিবা মতু ইন্না, গোবিন্দচন্দ্রদা কাছার নৈপাকসি হন্দোকখিবদা থোই-দোকপা আপত্তি নৈবিদ্রেদনা?" গম্ভীরসিং—নৈজদে, সাহেব। ঐস্তু মতুম তৌগে হাইনা খন্দুনা নৈজরম্মিবনি।" সাহেব—"ঐনা হাইজনিংবদি,—কবোশিংসি রাজা সাহেবপোযগদি মমাং-ঙৈদগী হৌনা যেক্লদুনতা লাক্লবনি। হুজকমকস্তু মনিপুরস মখোইগী মথুত্তা নৈবি। অদুনা, ঐখোগীস্তু যেক্লবা, রাজা সাহেব-খোইগস্তু যেকনবা ওইবিবা কবোশিংসি, তাম্লোকবা হোৎনবদা, মরুপকি ফিভমদা ঐখোইগী ইতেৎ পাংবিয়ু। অদুগা, মনিপুবদগী মখোইসি তাম্লাকপা মতমদস্তু ঐখোইনা অওম্বা মতেং পুম্নমক লোইনা পিজগনি।" গম্ভীরসিং—"তাকপিবিবদুদি ঐখোইগী লাইবক কবনি। অদুদা—থংবিরিবদুনি, ঐখোইদি মীচেন ওইদুনা,

ঐখোইগী লৈজবিবা মীশিংদস্থ খুৎলাই মতিক চানা পাইহনবা ভমত্রবা মীনি।" সাহেব—"রাজা সাহেবপু, ঐ মুন্না খংঙ্গে। মতিক চাবা মীনি হাইবা খংহুনা হাইজরিবনি। অহানবদা, র'জা সাহেবকিস্থ, ঐখোইনা মতোং পুমনমক পিহুনা, মীতৈগী লাম্নি কাংবু অমা থম্বিবা,—হাইরিবসি বাজা সাহেবনা মিংতৌনা শিজিন্নবিগদৌবনি। অহুদগী, ঐখোইনা হায়জরকপা মতমদা, ইকাই খুম্নবা মকুপকি ফিভমদা, মতোং পাংবিবা, অসিনি। গম্ভীবসিং—"ফিভম অদুদা ওইরবদি, ঐ হবাওনা যাজরে।" সাহেব—"মসিগী মরমদা হাম্ননা খন্নদুনা লৈরবনি। অদুমকপু, গোভবনাব জেনেরেল সাহেবকি অরোম্নবা যাথং অমুক্তদি লৌজ-খিগে।" গম্ভীরসিং—"ফনি সাহেব।" সাহেব—"ঐনা খঙ্গবদা, অবোয়বা পাওসি যাম্না থুনা লাকনি হায়না খঙ্গে। মসি লাক-ত্রিবা ফাওবা ঐখোইগী ইকাই-খুম্নবা মকপ ওইন', শিলেটসিদা স্থম লৈবিরো। গম্ভীবসিং—'যাম্ন ফরে রাহেব।"

হুমিৎ খরনি সিলেট লৈরিডেদা, গম্ভীরসিংসি সাহেব অহুগা নিতিগী উম্নহুনা রাবি-রাতায় শামিন্নৈ। এজেন্ট অসি মাগী পুক-চেল চাওবা, অমস্থং, তুংদা থোক্লগদবা থবক উশিনবা অহু উবদা —'কালা আদমি-মক' ওম্নরবস্থ, ইকায়-খুম্নবদা মতিক চাবা মীনি হায়না খাজরবহু চেৎশিনবা হেঙ্গৎখি। অসিগী মতুং হুমিৎ তবা-নিমক্লম কোনবদা, গোভরনার জেনেরল সাহেবনা, নোংপোক মাইকৈগী এজেন্ট ওইরিবা দেভিদ স্কোত হায়বা সাহেব অহুদা,

তৌগদৌবা পুন্নমক শিন্নদুনা, থারকখি। স্কোট সাহেবসি গম্ভীর-সিংগা উন্নখ্রিবৈদা, মাগী মরমদা নিংথিনা থনেবা, শিলেট'ক এজেন্টকা রারি তৌনরে। দেভিদ স্কোট—গম্ভীরসিং হাইরিবসি ঐনা সোমদা লৈবিবৈদা হাম্না থংনবা মীশক্রি। মতম অদুদি, মসি, কালা আদমি ওইববসু, থাজবা যাবা, মথৌনাসু লৈবা মী ওইনা উখি। হুজিক্কা করম তৌরিবনো? মিঃ এজেন্ট—ঐসু অহানবা অমুক অনিবক উন্নবদা, অদোম্না থনবিরগুম্না, চুম্নগী মরৈপাক শংশিবা মী ওইনতা মরোরম্মি। থর'ক্ক মতুংইন্না উন্নপা তৌইবদগীদি, মাগী মতম নিংথিনা থলে। মসি, কুচুমুবা মী নংলমক্রবদি, ঐখোইগী ইরকুসু, জেনেরেলগী মতিক চাবা গুন চেনবা, পুকচেল চাওবা মীশক্রি হাইনা ফাওরমগদৌবনি। ঐদি মাবু মপুম কানা থাজবা পোক'ল। দেভিদ স্কোট-"অদু ওইরবদি, ঐ'থাইনা পাম্মিবা মীশক হাইবত্থ থে'ক্রে। —অহানবা তৌগৎপা ওইনা মী ৫০০ না শাবা লেভিজ কাংবু অম', বৃটিশ সরকারনা ম'ত পুমনমক পিদুনা সেমগৎহল্লসি। করি হায়রিবনো? মিঃ এজেন্ট—যাম্না ফবে। দেভিদ—অদোম্না, গভরনার জেনেরেলদা রিপোর্ট পিরকপদা—মীতৈ নিংথৌমচাশিংসি হিংনবগীদমক চহি খুদংগী শেন থর থরদং পিরবদি, গোবিন্দচন্দ্রবু নিংথৌ খুভম হল্লিনহন্নবদা, আপত্তি লৈরক্রে হাইবিরকপদাই? মিঃ এজন্ট- অচুম্বনি, কাছাবসিদা তৌনখ্রিবসি—অহান্নবদা, চৌবজিংকা গম্ভীরসিংগা মচিন মনাও অনি, মারজিৎনা তাম্নোক্কুনা কাছাবদা চেল্লক্কুনা লৈরম্লে। অহুদগী, মারজিৎ অসিসু করোনা তাম্নোক্কুনা

অসিদা চেন্নক্লে। মচিন-মনাও অহুম অসি লিংক্লল মান্নদুনা থর থৎন-চৈনরম্বদগী, মখোয় মশেন যান্নরে। থর লৈরগা গোবিন্দ-চন্দ্রগা মচিন-মনাও অহুম অসিগা মুংঙাইনবকত্রহ্‌না মাবু তাদ-খোক্লগা, যাম্নবগী মতুংইন্না গম্ভীরসিংবু নিংথৌ ওযহনাখ। নিংথৌ খুভমগি মতাংদনা—মখোই অহুম্মক ঐগীসদা লাক্লুনা—জীবিকাগী শেল থর-থবদং পিরবদি গোবিন্দচন্দ্রবু নিংথৌ খুভম হন্জিনহনবদা আপত্তি লৈত্রে হায়না মথুং-মথুংদি সহি তৌদুনা লৈবিবসিনি।" স্কোট—অহ্ অইববদি, সরকারনা নিলিবসি নিংথিনা পাংথোকপা যাবনি।

গম্ভীরশিংসি সাহেব উন্নবা চংংকলে। সাহেব অনিমক হৌগংতুনা ইকাই-খুম্নবা উৎলবা মতুংদা ফম্মিন্নতনা মেঃ স্কোট—রাজা সাহেবকা হান্নগু উন্নগনা থংনখ্র। হন্দকসু উন্নবগী খুদোংচাবা ফংবসিদা ওম্ব্লাক্লা মুড়াইরে। রাজা সাহেব। ঐনা লাকচবিবসি, ঐখোইগী সরকারনা রাজা সাহেবকি গুন থংলদুনা, মকুপকি ক্কিভমদা মতেং পিনবগী রা থন্নবা, অদুগা, থবক অতৈ-অতৈমু পাংথোক্লদবা থর লৈহুনা লাকচরিবনি। ঐনা তাজবদা, গোবিন্দচন্দ্রনা মাগী মপা-মপুগী খুভম হনজিনবদা, রাজা সাহেবখোয়গী আপত্তি লৈত্রে হায়না তাজৈ। গম্ভীরসিং —শিলেটকি এজেন্ট সাহেবতি তৌনখ্রিবা পুম্নমক থংবিরাবনি। অদুমকপু সাহেবতমু শম্না রারি তৌজগে—ঐখোইনা উপায় লৈত্রহুনা মনিপুরবদগী চেন্নকপদা, গোবিন্দচন্দ্র অসিগী মম্নাম্না

কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌনা লৈকম পিন্থুনা অরাবা কোকহনখি। কাছার লৈপাক অসি মপাঙ্গন ব্রাৎপা মরম্না, ঐখোইগা লোইনবকপা মীশিংদু কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইজবা মতুংইন্না লৈপাক অসি ভাক শেন-বগী থবক্তা শিজিন্নবে। কৃষ্ণচন্দ্র শিখিন্থুনা গোবিন্দচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবদগীদি, মাগী লৈপাক অসি ঐখোইনা মুন্দুনা লৌগদৌরে, হাইবগী চিংনবা হৌরে। ঐখোইনবু তোগে হাইনা খল্লমলবদি, কৃষ্ণচন্দ্র শিবা হাক্তক অথুদগী লৌশিনবা য়াবনি, অথুবু, মচিন-মনাওনা লৈকম পিন্থুরা, ঐখোইবু ইনিং-ইখা তৌনা লৈহনবগী তৌবিমল কাওদবনা, অথুগুম্বা অচোম্বা রাখল অথু থক খল্লুদে। ঐখোইনা লাকপদা কাংলৈজগী সংগোল থবা য়াওরকই। মথুদগী অফবা খন্দুনা পিরবা মক্তদা, গোবিন্দচন্দ্রসি খোংথোংপা লোইনা পিযু হাইজিন্নরক্রে। সংগোল কাংলৈজ হাইবসি ঐখোইগীদি অপাম্বা মশান্না ওইবনা, খোংথোংপা অতমক্তি পিখিদ্রে। মথুগী মনোম্নে অথুগা চিংনবা অথুনে অসিনা, নোংমদি সভামাংদা ঐবু থাখিনা ইকাইবা পিখি। ইজ্জৎ মাংবা হাইবসিদি শিবনা ফবা পোৎ-নিনা, ঐগা অয়াকপা খোন অমা অনি থানখি। হাক্তক অথু-দগী মতোমতা ইকায়জররুনা চেনখ্রিবনি। মাবু ঐখোইনা ভাম্বোকপা নত্তে। ঐখোয মশেন নিংজেল মান্নদগী থর-থংনা চৈনবা তৌনখিবথুদি মাগা মথম লৈনবা পোৎ নত্তে। মা লৈত্রবা অথুদা, ঐখোয মশেন যান্নথুনা, ঐন, লৈপাক ভাকপ-দানে। মসিনা ঐঙোন্দা কান্নখিদবাদি নত্তে, ঐমু নিংথা তম্না চেল্লকপা মীতৈ ময়ামগী সেবা তৌবা ওমহৌই। হুজিক্তি

মীতৈশিং চেন্নরকপস্থ তোকখ্রবনিনা, মানা নিংথৌ খুবম হুক্লিম্নদা ঐগী আপত্তি করি অমত্তা লৈতে। ইসানস্থ, মাবু কৌশিন্দুনা খুভম শিন্নগে হাইনা থঞ্জরম্মিবনি।

দেঃ স্কোট—রাজা সাহেবকি রা তাবদা য়াম্না নুংঙায়রবে। মাবু নিংথৌ খুভম হনজিনহল্লগা, কাছার অসি ঐখোয়না ঙাক শেন্দুনা লৈবা লমনি, হায়না, লাওথোক্রবা তৌজরগে। রাজা সাহেবকি মতেং পাংবগী মরমদা, বড়লাটনা ঐঙোন্দা তাক-পিবকপদি—"রাজা সাহেবকি লৈরিবা মীশিংসিদগী, চামডানা লেভিজ কাংবু অমা শেমগংপিরগা, মদুগী খরচ পুন্নমক্না সর-কারনা পুশেন্বা। মাসি রাজা সাহেবনা নিংতম্না শিজিন্নবীগ-দৌবনি। ঐখোইনা হাযজরকপা মতম মতমদা মতেং পাংবি-রগা, রাজা সাহেবনা মনিপুরসি হন্দোকপিগে হাযবা মতমদা, ঐখোয়নস্থ অঙম্বা মতেং পুন্নমক পিজবা," অসিনি। মী চামডা অসি, অহানবা হৌগৎনবগীদমক্তনি, দরকার লাক্রবদি মশিং হেন্সৎপস্থ যাগনি। গম্ভীরসিং—যাম্না নুংঙাইজবে। মীচেন ওই-জুনা লৈরবা ঐবু, মরুপকি ফিভমদা থম্বিদুনা, মতেং পিবিগ-দৌরিবা অসিগী তৌবিমনদি পুন্সি চুপ্পা কাওফরাই। সাহেবনা চানবিদুনা, ঐনা হাযজবিবা রা অসি, বড়লাটতা থাংহনবিখ্রবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি। দেঃ স্কোট— ঐগীদি তৌকম খেকপা থবক্নি। ঙসিমক শোয়দনা থাংহনজখ্রনি।

মনিপুরী লেভিজ অসী গম্ভীরসীংনা নীংবগী মতুংইন্না ইউ-রোপপীয়ান আফীসারসীংনা ঐাল তম্বী। খুৎস্থ-খুৎলাই, অমস্থং

শেং-চাবা পুনমক সরকারগী সিকাইগা মান্নে। ভজপস্থ থা থাগী কাংঙম্মি মশি শেম্বা লোইববদা, থবক পুন্নমক পুশেম্বা ঙম্বা, মতিক চাবা মী অমগি দরকার ওইরক্লে। মতম অসি যুমজাও স্নাদি লৈখিদ্রে। মা নত্তবদা, মতিক চাবা মীগি মাথন তৌবদা, গম্ভীবশিংসি নরশিংগি রা নিংশিঙলক্লে। নরশিং হায়রিবসি গম্ভীরসিংগা চান্নরা তিন্নরকপা মী ন। য়াম্না নকনা সম্বন্ধ লৈনব্রবস্থ গরীবনরাঞ্জ মহারাজগী মপু ভদ্রসিংনা পোকপনি। গম্ভিরসিংনা থবা অচলনি। অনি অসি, মতম কুইনা চাকলুক অমত্তদা চামিন্নদুনা তিন্নবস্বনগী, নোংমাদি কৈস্থ লৈতবা মবম অমদগী খোন হেক্তিন্নখিদুনা, ইকাইনবদগী চংনখিদে। তাঞ্জা অসিদা, চৌবজীং অমখু গম্ভীবসিংসি মাবজংনা তাম্বাক্লুনা, কাছারদা চেনখিবদগী থংনবা অদু তাইশিন্নদনা, অত্তম মবৈনখ্রে। অত্তদগী, মাবজিংকি হাক্লক্কা, মনিপুবনা খুন্তাক্লবদা নবসিং অসিস্থ কাছারদা চেল্লি। অত্তবু গম্ভীবসিংগী মনাক্তা চংবা হঙ্গোইদুনা, তুলাবাম কৌবা মীতৈ নিংডাম্না পোকপা, যাম্না তৌবা ঙম্বা হাও সর্দ্দার অমগী মী ওইদুনা লৈখি।

গম্ভীবসিসি নরসিং কাছাবদা লৈরে হাইবা থংলদুনা, হান্না মুংশিনখিবদু লৈরি-লৈতে হাইবা থংনবা, চাং যেংগে হাইনা থল্লে। তুলরাম হাইবিবসি, অচাওবম তানবা, তৌঙমদবা লৈতবা মীনি। কান্নগদৌবা য়েংদুনা মীশক হোংনা হোংনা তিন্নে। মতম থরা গম্ভীরসিংগী মীচং ওইনা লৈরম্বদগী, বৃটিশ সরকারনা

মাবু থাজবা, অমসুং ইকাই-খুম্নবা হেন্জংলকপা উবদা কলক্লুনা, অচেৎবা কোইথি-থিরম্মি। গম্ভীরসিংসি তুলারামবু মশক মুন্না থংহুনা, মাগী চান্নবা তিন্নবা মী কাওবা থাজরমদে। অদুনা, করিগুম্বা লৌক্লুনরবগম্রা হাইবগীদমক নরসিংবুস্থ চিংনরম্মি। নরসিংসি তুলরামগীদগী মুংলাং থেংনা হেক হেক হল্লকই। নোংমদি, গম্ভীরসিংসি তোগদোবিবদু মী থংহনবিংদহুনা থোগন কনাস্থ য়াওদনা নরসিংনা হল্লকপা ভাইহুনা লৈরে। হল্লকপা উরবদা গম্ভীরসিং—"ইনাও নত্রা?" নবসিং—'কনা ওইববনো?—য়েঃ, য়াম্নুং ইবুংঙো ওইরবোইনা (খাংখুমদগী থাং শৎকে তোব।)। গম্ভীরসিংসি নোক্লুনা—"ভাইথো ইনাও, থাং অদু থমথো। ইনাওদি, তুলারামগুম্বা মীগা তিন্নদুনা মীশক ফাওবা কাওর'-মাল্লে। কৈস্থ লৈতবা মরমদগী ইচিন-ইনাও তোনখিবস্থ, হুম্ভিকভদি, থাং শৎপগী রাখল ফাওবা য়োববোইরে?" নরসিংসি ইকাইহুনা থাং অদু থাংথুমদা হুম্ভিল্লগা, খুরুমহুনা—"মুংদাং অসিদা থোগল কনাস্থ য়াওদনা তৌরিবসিবু—?—ম্নাম্নাবঃ করি তাকপিগদোবা?" গম্ভীরসিং—মতম অসি, থাজবা য়াবা মী লৈত্রে। ইনাওবুদি হাম্নবা শক মুন্না থংবনিনা শেংনা হাইজগে—ঐনা, মী কনাস্থ য়াওদনা তৌরকইবসি, ইনাওগী পুকচেল থংনিংহুননি। মরক অসিদা, তোনখিবদু কাওবা য়াবা থৌদোক কয়ানা মরক থনখ্রে। অদুবু, ইনাওদি কাওদ্রিমাল্লে। কাছার অসিদা ঐ লৈ হাইবা তাবিরমগনি। অদুবু, ঐগী নাক্তদি চংভক্লনা, তুলারামগীদা চংভ্রিবনা করিগীনো?"

নরসিং—"ননাই ঐনা লানবা ভাকনি। হেক খুংবগা য়াম্বুং শ্রীযুৎ খুরুমগে নিংজরকপনি। অদুবু, য়াম্বুং শ্রীযুৎনা নিংথৌ ওইরনা লৈবিরবহুদা—নিংথৌ হাইবসিনদি চিংন-চাওবনিনা, মমাংঙৈগীদু পুকখা-লিনবা থাবিরমগত্রা হাইবগী চিংনহনা খুরুম-জরমত্রবনি।" গম্ভীরসিং—"ঐগী পুক্নিংদা চিংনবা করি অমত্তা লৈতে। ইচিন-ইনাও লক অমুক্তং উম্নবদা নোক্নুনা কাওনখি-গদবনু, তাল্লানা য়াখিত্রবননি। হুজিক্কি, পুকচেন তেংথোক্নবসিদা ওন্থোক্না নুংঙাইরে। —হান্না তৌনখিবা য়ারিদু অমুক্তা নিংশি-নখিসি,—মতম অদুদা, য়াম্বুংসিংগী কাব্বাম্বা পুকচেলনা, লাই ওইপ্রবা পাবুংস্নাখ্যানা তাকপিরম্বা, "মথং-মথং নিংথৌ ওইনৌ" হায়বদু থুগাইবক্লবদা, ঐথোইনা, মুংঙাইখিদবদু নিংশিংলিত্রা? মীশিং য়াম্বগী নাপন্না মথোই কাববা কবোশিংগী, নাপন য়ৈথেক-নবা থম্নখিবা য়াশিং, অদুগা, স্নালৈপাক্তা, নিংজবগী লৈরাং কয়া-কযা কংশি হাইনখিবশিংদু নিংশিংভিত্রা? অদুগুম্বা স্নালৈপাক অদু, হুজিক্কি য়েক্লবনা খোংনেৎনহনা, খুন্তাক-লান্সি ওইরিবসি উরেদনা?" নবসিং—(খ্বাংদা য়াল্লিবা থাংলাং অদু গম্ভীরসিংগী খোং মনাক্তা থমলগা, খুকমঙনা) থাং অসিগা কোম্নদা ভক অসি স্না চরন্দা কৎলবনি। ননাই ঐনা লানবা ভাকনি। স্না চরন্না কৃপা তৌবিয়ু। গম্ভীর—(নরসিং কোন্দুনা) ঐনা নিংবা থুভলে। নরসিং—"য়েক্লবা মরক অসিদা স্নাথোগল কনাম্ব য়াও-দনা লেংভক্লিবসি চুমদবনি। স্নাথোগন তৌজরগে, লেংশিল্লসি।" মুমিৎ অসিদগী, নরসিংসি য়ুমদা হন্দনা গম্ভীরসিংগা অদুম লৈমিল্লখ্রে

নরসিংশি মুম্ংি ছুমদি গম্ভিবসিংহগা লৈমিন্নদুনা তৌগদৌবা থবক পুম্নমক থংলে। সাহেব অফিশারশিংগমু গম্ভিরশিংনা পুশিন্দু-না খংনহল্লে। ময়ামদুনা, গম্ভীরসিংবু ইকায়-খুম্নবা লুনা তৌবগু উবদা, নরসিংসি, গম্ভীরসিংগী থৌনা অমসুং মরোশিং থাগৎতবা ছমখিদে। মতম অদু, কালা আদমিবু সাহেবশিংনা ইকাই-খুম্নবসি পংনা তৌবমদে, চাওখত্তবা মীনাই-মীশনগুম্না হাঙ্গাইনা তৌরম্মি। অসিগী মতুংদা, নোংমা, দেভিদ স্কোট, সিলেটকি এজেন্ট অমসুং মিলিটরীগী আফিসারসিংগী মমাংদা, নবসিংবু মনিপুরী লেভিজগী কমান্দিং আফিসার হাপখি। নব'স সি মিলি-টরী সিফাইশিংনা নিত্তিগী তৌরিবা ড্রিল, অমসুং অনৌবা মওংগী খুৎসু খুৎলাই শিজিন্নবগী মরম থংনবা, ঢাকাদা মতম খরা লৈরুরগা, হল্লক্লুনা লেভিজগী দায়ি পুম্নমক পুশেমখি।

## [8]

## কবোগা ব্রটিশকা শোক্লবা লান।

কবোনিংথৌ বগিদৌগী য়াথং মতুংইন্না, কবো লাম্নি মরাম কাছার তম্না ফুজিল্লক্লে। মখোইদু কাংলুপ অহুম থোক্লা থাই-দোক্লগা, মী লিশিং মরিনা শাবা কাংলুপ অমনা— (১) নন্দক্লুদেন

সেনাপতিনা লুচিংহনা, আসামগী ভর্তিকা চাং লম্বীবোমদা লাক্লগা কাছার তরকই। (২) মী লিশিং মরিনা শাবা কাংলুপ অমনা, মুলাগুন চাংলখি লান্দুনা অয়্স্তুবা লৈপাক কাওরকই। (৩) অতোপ্পা কাংলুপ অমনা মনিপুরদগী লাকই। মনিপুরদগী লাক-ইবশিংসি করো অশেংবা ডাকুনি। মথক্তা হাইবিবা কাংলুপ অনিসবদ, করোগী অশেংবা লাম্মী লিশিং অনি-অনিরেমদা মযাওহ হাইনি। অহানবগী কাংলুপ অসি শিলেট্টগী মাইল নিপাং মডা দং থাপনা লৈবা, কাছারগি বিক্রমপুর হাইবা মফম অদুদা লাম্বন শাদুনা লৈরে

বিক্রমপুর যৌনা যেরবনা চ শিল্লকপসি উবদা, চংথোক চংশিন খুংদাং চানবগী দমক শ্রীহট্টদা লৈবিবা বৃটিশকি লাম্মিশিংদু শেম শাদুনা লৈংবদি হাইবদু, হুকুম কংদদুনা থুংতি থোক্লদ্রে। মতুন অও, গম্ভীরসিংদি সাহেবকি সিফাই থরগা লেভিজগা তিন্নদুনা কাছার থংস ডাকুনা লৈরম্মি। মনিপুরদগী করোশিংদুসু কাছার তারক্কদোরে, হামবসি তংবগা, গম্ভীরসিংসি, মাগী মী চামডা অদুদা পুদুনা, করোশিংদু থংতুনা লানথেংনবগীদমক চংখি। মাদা চংলমদাইদা, শিলেটকি এজেন্ট সাহেবতা, মী পোমজিল্লক্রব চিঠী পিবম্মি। অদুবু, হুকুম কংদবন, মী থোম-জিল্লক্রবসু তোথ্রক্লে, গম্ভীরসিং মশাবুসু হল্লক্রবা থংহনবি। অদুনা, লান থবা থেংনদুনা, করো ৪০/৫০ হাংলমলগা, লেভিজগী মী অমত শোক্লনা গম্ভীরসিংসু হল্লক্লে। গম্ভীরসিংগী মতেং পিখিদবসি,

দেভিদ স্কোট অমসুং মিলিটরি অফিসারশিংনা যম্না পেন্নখিরে। ফন্না থেমহুনসু যাবরোইদোবা কবোশিংবু, থেমহুনা লান তোক্নবা, হোৎনবদি, অরেম্বদা মতম মাংহনবদা মতুনা, মখোইগী ফিভম চেৎশিন্বা হেক্কৎনবগী খুদোংচাবা লিবদনি, হায়না, গোভর্নমেন্টকি থৌদোক্ থিনা ভাংনখি। কোন্থংদনি, সরকারস্ব অরানবা থংতক্লুনা মুংভাইতবা ফোংদোকখি। বৃটিশ সরকারসি, দেভিদ স্কোটপু, লান তৌনদনবা, চিঠী মথং-মথং খবা চৎনহল্লগা যারকত্রগুনা লান তৌবদা লেপখি।

অহান্বা শোকবা লান্দদি মনিপুরী লেভিজবু, নিংথিনা তম্বিনা মিলিটরি সিকাই নত্তে হাইদুনা, লান যাওহল্লনদে। গম্ভীরসিং মশাবুনা, কবোগী অচেৎ-অকোম, অমসুং কাছারগী লম্মিৎ-তুম্মিৎ মুন্না খংবা মী অমা ওইনা, লানগী রাজারবদা মযাওহনখি। তু-দদি, মগুন খংনবকুনা, গম্ভীরসিংনা লুচিংবা লেভিজদা, দায়িত্ব অচৌবগী থবক শিন্নখি।

বৃটিশকা কবোগা থেংনখিবা লান,- বিক্রমপুরদা লাম্বন শাহুনা লৈরিবা কবোগী কাংবু অহু থেংননবগীদমক বৃটিশকিস্তু যাত্রাপুরদা লানমি পৈরে। মেজর নিউটন্না, মকম অদুদা লৈদুনা ১৮২৪গী জানুয়ারিগী তারিখ ১৭ তা শিনখিবা লাম্বোং—

কবোগী মথা ওল্লিবা লাম্বন অহুগী মচিন্দা কেপ্তেন জোনোষ্টোন, অদুগা, চৌংথোংগী খুনশিংদা লৈরিবা কাংবুবুনা কেপ্তেন বাওয়ে থাহনা তাঙ্খাইনবা হোৎনহনখি। থুল্লক্তা লৈরিবা কাংবুদুদি

বাওয়েনা নোংমৈ কাপ্পা হৌগংলকপদদা কাইহুনা চীংলোমদা চেনখৎখি। অদুদগী, বাওয়ে অসি জোনষ্টোনগী মতেং পাংহুনা, মবানি চংহনা কন্না হোৎনবদা, মচিন থংবা কাংবু অতুম্ব কাইহুনা চেল্লে। অম্বুম্না, করোগী লান্মীগী শরুক খরদু, লান্বন্দগী তাম্থোক-লবদা, মেজর নিউটনসি, খুদোংচাবা য়েংহুনা, যাত্রাপুরদগী মাইল নিপাল থাপ্পা বদরপুরদা হনখি।

কায়হুনা চেনখিবা কাংবু অদু, অমুকম্তু চন্না যাত্রাপুরনা পৈরগা, আসামদগী লাকপা কাংবুনে, মনিপুরদগী লাকপশিংনে, পুল্লপ তিন্নহুনা, স্তরমা তুরেন্দা পোং শারগা, মদুগী— তোর্ব্বান অনিদা লান্থন শাহনা লৈরম্রে। মতদা পৈথিবা লান্মী অদু, লিশিং তককলামদনি। মতুগী মতুংদা লিশিং মরিরেন্না আসামী অমম্তুং কাছাবী, অতগা, লিশিং অনিবোমনা করোগী অথন্নবা লান্মীনি। অসি নত্তুনদা, কিলাকান্দি হাইবা মফম অদুদা লান্মী লিশিং অনি অমম্তু পৈরম্মি। অম্বুম্না, খুং থোক্না লান যান্নববামক্কদা, সরকারগী যাথং মতুংইন্না, দেভিদ স্কোটশি লান তৌবা তোন্নবা অমুকম্তু হোৎনখি। মসিগী মরমদা, চিঠী চৎথোক-চংশিন থবা তৌনরবা মতুংদা, ১৮২৪ গী মার্চ থাগী তারিখ ৬ তা, গোবিন্দ-চন্দ্রনা নিংথৌ খুভম হুজিম্নবগী রা, অমম্তুং তারিখ ১০ দনা, জয়ন্তীযাগী নিংথৌ রাজা রামগী রা লেপ্পবা লোইখি। অসিগী মতুংদা, মিংভি মহা-নন্দকুংদননা ইরকপা চিঠীদা, বগিদো নিং-থৌনা হুকুম তৌরকপগী রা ওইনা —"নোংশাগী মতৌগুম্না

নিংথৌ'বন বগিদোৌনা সাহেবশিং'দা থংহল্লি মতুদি—গোবিন্দচন্দ্রবু নিংথৌগী খুভমদা হল্লিনহনগদৌবনি, অতুগা, বৃটিশনা মথোইগী লমদা চংদুনা লৈরিবা, চৌবজীৎ, মারজীৎ, অমসুং গম্ভীরসিংবু কাদুনা পিবগদৌবনি। মসি য়াদবা থোক্রবদি, দেসা অমগী লমদা চংঅরবসু চংজসন্তু, ঐগী লান্মী থাজিন্দুনা ফাহনগনি” হাইরকই।

জানুয়ারীগী তারিখ ২৩ দা, স্কোটনা মসিগী জবাব নন্দক্রুদেন সেনাপতিদা হনবদা—“কাছার লৈপাক অসি, ঐখোইনা ডাক-শেন্দুনা লৈবা লম ওইবনা, মসিদা, অদোমগী লান্মী থাংকল্লকপা চুমদে। লাম্মীশিংসি, হান্নগী লৈক্‌মদা কৌশিনবীগদৌবনি। মসি যাদবা থোক্রবদি, ঐখোইগীসু লান্মী শিজিন্নদুনা, হান্নগী লৈক্‌ম তান্না তাম্বোক্রবা হোৎনবা তারে।”

অসিগী মতুংদা, ফেব্রুয়ারি থাদা পিবা স্কোটকি চিঠীদনা —“অসি কাওবসি, শান্তিদা লৈমিন্নবগী কান্নবা ফংবি'র। লান তৌনিংদবা ঐখোইবু, লান শোক্লনবা লম্বী শিন্নবদি, মতুগী তমখিরবা মহৈ ফংবিগনি।” পিখিবা চিঠী অসিগী জবাবতি হল্লক্রে। অসুম্না, লান থোক্রদনবগী হোৎনবনা ক'ন্নদ্রদুনা, শিলেটকি ফ্রোন্টিযাবদা লানফম কযা মক্‌ম শোক্লখি।—

অনিশুবা লান— সূরমা ভুবেনগী, তোর্ব্বান নাক-য়েত্তা লৈরিবা লান্মীশিংদু, কেপ্তেন জোনষ্টোননা ফেব্রুযারিগী তারিখ ১৩ দা তাম্বোকখি। অসিগী মতুংদা, কবো লান্মীশিংদু অমুকসু

হন্না সরুক অনি থোক্না থাইরগা, আসামদগী লাকপা কাংবু অমুনা, ভূবটেকর চৌং লম্বীদা লাম্বন সাম্বনা লৈরে। মনিপুরদগী লাকপা কাংবু অমুনা, দুধপাতি হাইবা মফম অমদা লৈরে। ভূবটেকর চৌং লম্বীদা শারিবা লাম্বন অমু, লেফটেনেন্ট কর্নেল বাওয়েনা, ফেব্রু-য়ারিগী তারিখ ১৮দা খুগাইদুনা, মতুংদা লৈরম্বা লান্মীশিংছু, অমুকত্ন হন্না তানখাইখি। মখোইদু আসামরোমদা চেল্লখি। দুধপাতিদা লৈরিবা অশেংবা করোশিংদুনা, লাম্বন্দা লৈরগা, সাহেবকী লান্মাগা মতিক চানা লান্না পাদুনা, অহানবা থাবকপা লান্মীশিং তানখাইখি। মতুং চয়োল অমা কোয়রগা, লেফটে-নেন্ট কর্নেল ইন্নেসকি লান্মীসু থোমজিল্লকুনা, অকনবা লান থেংনবদা, করোগী লান্মীশিংত্ন — মশিং হেনগৎলবা, বৃটিশকি লান-মীগা অরেংবা চাং য়েংনবদি তৌনিংদনা, মনিপুররোমদা হন্দাকখি।

অহানবগী লান্দা গম্ভীরসিংগী লেপ্তিঙ্ক কাংবু অসি, চুম্নগী সিভিল পুলিসকি কিভমদা থনম্বদগী, অকানবগী লান হোৌগৎ-পদগীদি, থাইঙ্গশেংবা লান মাওহনবা হৌখি। অসুম্না, অমুক অনিবক চাংয়েংনদগীদি, মখোইসু, নিংথিনা তম্বিরবা লান্মীদগী হেন্না কৈ হাইবা যংনবকুনা, জুলাই থাগী তারিখ ৭ থত্তরাক-দগী, দাযিত্ব চাওবা থবক্তসু শিজিন্নরক্লে। অমুক্তি, দুধপাতিদা লৈরিবা করোশিংত্ন তাম্বোকনবা থম্বিবা, তোপ থানাদু গম্ভীর-সিংগা মাগী মী ১৫০ দবু ডাকহনখি। গম্ভীরসিংসি, কর্নেল

ইন্নেসতা—"থোমজিল্লক্কবা মী থোইনা থাপ্তুনা লৈরবস্থু, লৈরিবা মী অহুম্থু মশিং য়ামন্দে,—অচেংবা সোমদা য়েক্লবসি সোইদনা ফুজিল্লক্কনি" হাইনা থংহনখি। অদুবু, লৈবিবা মী অদুনা মতিক চাত্ন হাইনা থনবদগীবু ওইববস্থু, নত্রগা, মী শিন্নবা থুং-দবদগীবু ওইববস্থু, ভুপ্মিন্না লৈখি। অসিনা, গম্ভীরসিংনা হাই-গুমদনা, ১৮২৪ গী জুলাই তারিখ ৮ দা কাবাশিংদু অযুক অত্তনবদা, হাইরিবা অদোমদা তকশিল্লক্রে। গম্ভীরসিংগী কাংবু অদু, মথন্নাই থুবাক্তা হাপত্তুনা থিংবা হোৎনখি। পাও অসি হেক তাবগা, ইংগ্লসনা অনকপদা লৈরিবা লান্মী থনদু থাত্তুনা, নাকনলোমদা লাকথ্রহন্দুনা মতেং পিনবা হোৎনখি। অদুবু, কাবোশিংগী মথুত্তো মাইথিত্তুনা হল্লকই। অথন্নবা কবোশিংনা লৈরিবা, চেকশিন্নস্থু শান্নবা লাম্বন অদুদগী কাবাশিংদু তাম্হোকপা তান্নবদি, লাম্বন অদু পুমকোই কোইশিনবা নত্তনা তোক্কম অতৈ লৈরমদে। অসিনা, গম্ভীরসিংনা হাইবা ইন্দ্রবদগী, লানক্কম অদুদা মাইথিবা ফংখি। মতম অদু নোং য়াম্না চুবা মতমগা ওইবনা মথা তাবা থবক চৎথগদোবদা থুদোং য়াম্না চারমদে। অসিনা, নোং হাংবা ঙাইদুনা লৈনখি।

সোমদা, কবোগী লান্মীশিংদু মশিং য়ামশিল্লকত্রে। বগিদো নিংথৌ অসি, কাছাবদা লান শোক্লবদস্থু নত্তনা, আরাকান অমস্থং ইরাবতীগী পরেংদস্থু বৃটিশকা লান থেংনবা তারম্মি। মরম অসিনা, থোমজিললক্কবা লান্মী লৈশিল্লকত্রে। অসিনা,

হুধপাতিদা লৈরম্বা কবোশিংহ্ন, খোঙ্গং-খুৎকংবা মতমদা, লাম্মী নৌনা শেমগৎতুনা অমুক হন্না লাকনবগী আপা তৌহ্নুনা, মনি-পুররোমদা চৎনখি। গম্ভীরসিংসি, তুং ইকোন-কোম্না চৎখিবা কাংবুহু তান্নরুবদা কংদহ্নুনা হললকই।

সিলেট ফ্রোন্টিয়ারগী কমান্দেণ্ড ওইরিবা কর্ণেল ইন্নেস অসি, ১৮২৪ গী ওক্তোবর থাদা, কাছারগী টিলাইন অমস্থং হুধপাতিদা লান্বন শাহ্নুনা লৈবম্বা য়েক্লবা পুন্নমক, কাছার থা-রোক্তুনা মনিপুরদা চন্নখ্রে হাইবা পাও কলে। কেপ্তেন হাও-য়েস অমস্থং লেফটেনেন্ট ফিসাবনা যেংক্ষ্বদস্থ অচুম্বনি হাইনা তস্মার। অহ্নদগী, কবোনা শিজিন্নবম্বা লান্বন অদু পুমণ-পুদেক-হল্লগা, কেপ্তেন লিষ্টারবুনা টিলাইন্দা, অমস্থং গম্ভীরসিংবুনা হুধ-পাতিদা মতম খর লৈনব হাইজখি। অম্মুন্না, মনিপুর তাবা লম্বীগী, বাসকান্দি হাইবা মফম অদু ফাওবদা, যেক্লবা লৈত্রে হাইনা বৃটিশ সরকারদা পাও পিখি।

———

## [৫]

## কবোগী মথুত্তগী মনিপুর হন্দোকপা।

কবোগী মপাঙ্গল য়ৈরেক্লবা, বৃটিশ সরকারনা দিসেম্বর থাদা, কাছারদগী মনিপুর কাওহ্নুনা, কবোগী লম আভা তাব, অশাংবা লম্বী অমা শেম্নবা রারেপ তাখি। মবক অসি

পাংথোক্লবা ১৮২৫ গী জানুয়ারী থাদা, ব্রিগেদিয়র জেনরেল স্বলবামগী মথাদা লাম্মী লিশিং তরেৎ থারক্লুনা, সিলেটতা লৈরবে। মখোইগী চান-থক্লবনা শামু, উট অমসুং শললাবনা হোন্নবা থৌরাং তৌখি। অদুদগী, পাইওনিয়ারশিংনা বদরপুর-দগী বাসকান্দি তাবা লম্বী শেম্বা লোইরহনা, স্বলধাম অসি, থাদ' ব্রিগেদকা লোইননা খুংস্থ-খুৎলাই অমসুং তোপ অচৌবা পযান পুহনা, দুধপাত্তি তম্না সান্দোক্লক্লে। অদুবু, লোং য়াম্না তাবনা, লম্বি কত্তহনা অরাবা যাম্না নংখি।

স্বলধামনা বাসকান্দিদা থংত্রিবৈ মমাংদগী হৌনা আভা তাবা লম্বী শেম্বা হৌগৎখি। বাসকান্দিদগী ভ্রিবি নালাগী তোর্ব্বান পরেংদা মাইল ৪০ শাংবা লম্বী অসিনা হ'য়া শেম্নবা থৌরাং তৌরগা, অদুদা থবক শুবিবা মীশিংদু করোনা য়েখাই-খিন্নাইদনবগীদমক, ভাক্লবা, গম্ভীরসিং, অমসুং কেপ্তেন দদজিভন্দা শিন্নখি। স্বলধামসি, বাসকান্দি যোবদ. মনিপুরদগী আভা তাবা লম্বী অসি হুজিকমক শেম্বদি ওইথোক্লবনি হাইবা থংলে। মসি শেম্বা হৌগৎপদা ভাইরিবৈনা, শামু ময়াম অমনা মকম থখিদ্র, উট ময়াম অমসু শিরে, শল লাবা অচৌবা লিশিং কমগা, মচা ৪০০ গা লৈরিবা অদুদগীসু ফনা য়ামনা শিরে। মরম অসিনা, স্বলধামসি লম্বী শেম্বা তোক্লবা হুকুম তৌরে। অদুদগী, সিলেটতা ব্রিগেদিযার ডনকিনগী মথাদা লাম্মী থর থনমলগা, কাছারদনা নেটিভ ইনফেনত্রি কোর্পস অনিনে, সিলেট

লোকেল কোর্পসনে থমলমদুনা স্থলধামম্ব ঢাকাদা হেড কার্টার হোংথি।

স্থলধামনা চৎত্রিঙৈদা, গম্ভীরসিংগা উন্নবদা—"মতম কংত্রিঙৈসিদা, ক'বাগী মথুত্তগী মনিপুর হ'ন্দাকপাদ খুদোং যামনা চাবোইদৌরি, অদুনা, দা খব'স কাছাব ভাক্লুনা লৈবিয়ো" হাইবে। গম্ভীরসিংসি পহৌবা চুমত্রে হাইদুনা যাদ্রে। গম্ভীরসিং —"চুক্তিকসি, মকম-মপমদা কবো য়ামনা চাইদুনা লৈরি, মখোইস, খুদ্রক্পা চদুনা খুনৗ মীশিংবু য়াম্না ওৎ লৈবিরি ঐনা পাও লৌত্রবদা- চুক্তিকনক মনিপুরদা, কবো শিশিং অনি লৈবি, অসি নত্তবা অতৈত্ত্ব মকম মফমদগী লাক্লহোরি হাইনা তাজে। মখোইস শোংজুথা কোৎরগ, আসামগী মফম অতৈদগী লাক্লদোবা মযাংগা তিন্নদুন, হাল্লগী হেন্না চাওবা পাঙ্গী মপৈ অমা শেমদনা, কাছারদা শোইদনা তারক্লদৌরি। অদুনা, মসি শেমগৎলিঙৈ অ'সদা তাম্মোক'হৌবনা চুমগনি। নত্রবদি, তুংদনা তেন্না খুদাংথিবা ওইহল্লনি-ওইহল্লোই হাইবা থংবা ভন্না শোৎ নত্রে। স্থলধাম—"তাকপিরিবন্থ যাম্না চুম্মি। অদুদা, লাম্নীগী ফিজোল পুমনমক শেং-চারবদি ঐ'খাইগী মীদি, নোং চুদুনা লম্বী-লমদাং ফংত্রিঙৈ মতম অসিদা শোংলবা মনিপুরগী চৌং লম্বীদা চৎথাক-চৎশিন যুগোৎ ইচা চারোইদৌরি। ঐনা হাইজরিবসি অদোম্না হেন্না থাবিরিবনি" গম্ভীরসিং—"মদুদি চুম্মি। অদোমগী মীদদি য়ানা থেক্কনি। অদুদা, খুদোং চাবা হাইবসি পংনা থোক্কে,

অম্পনা, অদোমগী মতেং য়াওপ্রবম্ব, লেপ্তিঞ্জ অসিদং পুম্নানা লাইবক য়েংজক্কবগে - হাইরিবসি লাইবক য়েংবা নম্ভে, সোইদনা তাম্বোকপা ঙমগনি, হাইনা নিংঙৈ।" মুলধামসি মচু তারদা ঙপা খেংস্লে। ফমা হৈ-শিংবা ওইবরম্ব মী ৫০০ দনা লিশিং অনিগা পাক্লনি, হাইবসি ঙককম থোকপা য়ানি। মুলধাম— "বাজ্ঞা সাহেব। তাকপিরিবসি ঙককম থোকপা য়ানি। বাজ্ঞা সাহেবনা ময়াবি-প্রবদি, অচু মঙাইরে, লাইবক য়েংবিক্কবো। লোভিজ্ঞী খুৎম্ব-খুৎলাই, অমম্বং অচা-অথক পুম্নমক য়াক্তনবা পুবিখো। —অপম্বা লৈতনা, য়েক্কবা তাম্বো'ক্তুনা, মনিপুরগী সিংহাসনদ খ্‌ুনা লেংখৎপা, ঈশ্বরদা নিজরি।"

অম্ভম হাইনহুনা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংসি, ১৮২৫ গী মে থাগী, তাং ১৭ তা শিলেট থাদোক্তুনা মনিপুর তম্না খোংশানখি। বৃটিশ সরকারগী হুকুম্না চৎপা নত্তবনিনা, লেফটেনেণ্ট পেম্বারতোন সাহেব অসিদি, ভলম্ভিয়ার ওইনা লম্বী থোং অমম্বং অতৈ-অতৈ লম তারা যারা লম্বী য়েংনিংহুনা গম্ভীরসিংগী ভূং ইল্লকই। শ্রীযুৎ অসি গুলাপগঞ্জ, বিরাগী বাজারনচিংবা লম্বীদা চুমজিং লেংগনি হাইহুনা তৌরদ', নোংনা লম্বী য়াদহুনা, বরাক তুরেনগী ওইথংবা তোর্ব্বানগী, অকোইবা লম্বীদা চৎতুনা, তারিখ ২৩ দা বাসকন্দিদা থ্‌ংভি। অদুদগী, মনিপুরগী লোংলবা চীং লম্বীদা লেংহুনা তারিখ ২৫ দা চেরি নাপা লাল্লি। অদুদগীদি লক্ষ্মীপুর মনাক্তা কফুৎ ওইনা তৌর লমচু লেংলগ', বরাক অরাংদা

লৈবা চীংশাং অমগী মতুংইন্না লেংদুনা, জিরি নালাগী নোংচুপকি জঙ্গল মযাদা পোখাই। জিরি নালাদগী চীং কাদুনা মাইল ৮০ লেংঙগা মনিপুর ভেলিদা থুংখি। মাইল ৮০ অসি লেংবদা হোলট ত্তোখিবা মফমশিং—

| | মাইল | ফারলং | খুদুপ |
|---|---|---|---|
| বাসকান্দিদগী তুকমু নালা | ১১ | ৫ | ৬০ |
| জিরি নালা | ৬ | ৭ | ২০৪ |
| মক্রু | ১১ | ৪ | × |
| কালা নাগাগী খুনশিং | ২ | ৭ | ১১৭ |
| ববাক নালা | ৪ | ৪ | ১৬৭ |
| কম্বুনগী নোংপোক থংবা নাকন | ৭ | ০ | ০ |
| নোংবা | ৫ | ৭ | ৫৬ |
| মুনজিরোন কোনা | ৪ | ৭ | ৫ |
| ইরাং তুরেনগী যেং থংবা ত্তোর্ব্বান | ৪ | ২ | ৩৯ |
| অরাং খুন্দা তাবা খুন | ৩ | ২ | ১৮৫ |
| ঐই নালা | ৩ | ৬ | ০ |
| সুনাই খুল | ৩ | ৫ | ১৪৮ |
| ঐইগী ওই থংবা ত্তোর্ব্বান | ৫ | ০ | ১৬৩ |
| মনিপুর ভেলি | ১০ | ২ | ১৯৭ |
| সহরদা লৈরিবা কবোগী লম্মেন | ১১ | ০ | ৫ |
| | ৯৬ | ০ | ০ |

( পেম্বারত্তন-না থনম্বা রেকোর্দ তগী ) —"লম্বী অসি লাকপদা নোংনা য়াদহুনা য়াম্না পনখি। জুন থাগী তারিখ ১ দা মুনজিরোন কোনাদা থ'ংবদগী নোংচুহুনা ঙুমিৎ হুমনি পল্লি। মতম অসিদগী চেংজেন লোইখিল্লনা হাওদগী কংবা চেং চাই। চেংগী মমল্দি য়াম্না হোংডিল্লি হাইববু কংদবা মতম্না যাম্মি। গম্ভীরসিংগী লাম্মীশিংহু মীতৈ ডাক্তনি। মখোইহু চাবোই-চাদবোই তৌরবা, নোং চুহুনা লম্বীস্থ ফংখিদ্রবা অহুমক্তদা কনাস্থ বেরা তৌনদে। হুরাও-হরাওনা অহুম চৎলি। ৱাবনা চোকথরবা মতম অহুদস্থ পোৎথাবা লৈতনা, ইরাং, ঐই, ভুবুত, তুরেনসিংসি লাহোক্লবা, উ য়াল্লগা খোং শাই।"

"১৮২৫ গী জুন থাগী তাং ১০ দা ফোর্স অসি, ঐই নালাগী খা থংবা তোর্বান্দগী মনিপুরগী নোংচুপ থ'ব' সিমানাদা লৈবিবা চৌং কাবা হোই। মনিপুর তাউ-দগী মাইল ১২ থাম্লা ঙুংঙো খুল, অমস্থং মিয়াং কৈনৌ হাইনা মফম অনিদা, লানচাবা কবোগী লৈনবা ( *advance post* ) লাল্বন অনি শাই। মসি খংহুনা গম্ভীরসিংনা, লেভিজগী শরুক খরনা নরসিংবু, শরুক খরনা পুর্ণসিংবু লুচিংহন্দুনা, যেকৃবগী লা'নচাবা লৈরিবসিংহু থ'গাইনবা থাখি। ঙুংথিল পুং ৩ ভাবদা, নরসিংনা ঙুংঙাখুল য়ৌহুনা লৈরম্মিবা কবোশিংহু খরনা হাংলি, খরনা কাইহুনা চেল্লখি। পুর্ণসিংনা লুচিংবা কাংবু অত্রম্থ মিয়াং কৈনৌ য়ৌহুনা, লৈরম্বশিংহু অয়াম্বনা হাৎলগা, খরনা কাইহুনা চেনখি।

লেভিজগী কাংবু অহ, লাম্হংনবগী অদুক রারবা মক্তদা রেসন তংখাই অমত্তা চাদুনা, ঙুমিদাং অহ লেনখি।"

চোকথরবা লেভিজগী কাংবু অহু মচিন থোক্লদনা ঙুমিদাং অহু লেল্লগা, তাং ১১ দা, চানবা চে° খরদং কংনবা থিবা হেং-নরিভৈদা, মুংখিল পুং অনি তাবা মতমদা, মনিপুর টাউন্দা লৈরম্বা কংোশিংহ লাম্বন থাদোক্লুনা চেনখ্রে হাইবা পাও ফংই। গম্ভীরসিংসি লেভিজগী চোকথরবা মতোচু উবদা, তাল্লকবা চুমদ্রে হাইন খন্দু। নেংমহ চুপ্পা পোৎশাহন্নে। মহুগী মপংগী অযুক তারিখ ১২ দা, যুফালগী লাম্বন অহ খুদুম চল্লি। মফম অহুদা মমন নাইবা পোত্তি থোইনা লৈবমদ্রে। মস্কেত খরনে, য়োংকি গন্ আনোনে, রাই খপ্তবা চেং মন ১৫০ দগী খরা হেনবনে, অসিদা মরৈবম্মে। ঙহাক লৈরগা, কংবোগী লাম্মী ৬০০ নে, তুং ইনবা ৬০০ অমনে, মাইল ১২ থাপ্পা লৈবা অদ্রো হাইবা মফম অহ তান্না হন্দোকপ্লে হাইবা পাও ফংই। মহ হেক তাবদা গম্ভীরসিংসি ঐনা তুং ইন্দুনা, লেভিজগী মী ২০০ গা লোইননা তাল্লবা চৎপুই। ঐখোইনা ইরিন তোর্বান যোবা মতমদদি, য়েরুবশিংহু মথং-মথং হন্দোকখিহ্রনা, মনিপুব পুমথা থাদোক্লগা চীংদা চেনখৎল্লে হাইবা পাও তারে। গম্ভীরসিংসি তাল্লকহনা কাম্নদ্রে হাইদুনা, থৌবালবোমদা অচা-অনক খবা কংগদ্রা হাইহুনা য়েংবা চৎখি। ঐদি, সহরদা হনহৌরে। গম্ভীরসিংগী, মারক্সেন অমম্বং পোৎথাবা লৈতনা লোম্বগী মতোসি

খল্লুবগা অঙকপনি।" (পেম্বারতন সাহেবনা থনম্বা বোকাদ'তগী ভাব লৌ'থুনা হৈবা, অমসুং, লমগী মশিংশিংসিনা, সাহেবনা তৌবা উচ্চারণগা খেন্নবা মরম্না, মীতৈনা কৌনবা মীংগা থরা-থরা খেন্নরে।)

শ্রীযুৎ অসি, খুন্তাক-লানি ওইহুনা নৈবদা মনিপুরদা লৈহুনা চান-থরবা পোরাং তৌরমলগা, ১৮২৫ গী জুলাই থাগী তারিখ ২৪ দা পেম্বারতন সাহেবনা খোগন তৌহুনা, মী ২০০ গা লোই-লনা শিলেট্টা থুংখি। মনিপুরদা লেভিজগী মী ৬০০ নে, সগোল তোংবা শরাবি ২০ নে নৈপাক ৫ কী পনখি। মতম অমদা, মী ৩০০০/৪০০০ রোমদং খৌবান মমাংদা লৈবম্বা ওইরুনা, অইক মক্ষমশিদদি মী কনা অমতা লৈরমদ্রে। শিলচটকী এজেন্ট টকার সাহেবসি, শ্রীযুৎ গম্ভীরসিং উবদা, য মা ইকাই-খুম্নবগা লোই-ননা—"রাজা সাহেব। রাজা সাহেবনা চংদক, হৈরাক-লাইনা যেনবা তাম্মোকপিত্রুনা মনিপুর খুদুম চন্দিবা অসিদা, সরকারগী ওইনা, ঐনা, হন্না-হন্না থাগৎচবি। ঐখোইদি, অস্তক লাইনা থোক্কনি হাইবা থাজবমদবনি। নুংঙাইবা পাও অমনা—রাজা সাহেবকী থৌনা অমসুং তুংগী পোমিং উবগী অবাবা খুদমশিংসিগী রা তাবদা, সরকারনা পেল্লহুনা, রাজা সাহেবনা যাবিবা থোক্রবদি, মনীপুরী লেভিজগী মী ৫০০ অসিগী মথক্তা, ১৫০০ হাপকৎহুনা মতিক চাবা লান্মী মপৈ অমা শেমগৎপিনবা থংহনজরকই। পুন্নমক্কুগী খরচ অমসুং থুংস্থ-থুংলাইনচিংবগী খরচ সরকারনা

পুজগনি।" গম্ভির সিং— তাকপিবিবশিনা, বৃটিশ সরকারগী পুকচেল অমুক চাওই হাইবা ফোংদোক্লি। সরকারনা তাকপিবিবশি থুনা পাংথোকচবগা। সরকারগীসু ঐখোইগীসু য়েন্নবা করোশিংসি, পুমতান তাংহাকনবা হেংঙনজগনি। অসি নত্রবা, সরকারগী কান্ন-গাদোবা থবক অতৈদসু চিংনবা নৈতনা তাকপিবন্নব নিংশিংজরি। লৈভিঙগী মশিং হেনগৎহনবিবা হুনিগী তৌবিমন্দি মপোকসি-মগী কাওজরাই। ঐনা হাইজরিবা পুন্নমকসি, সরকারদসু থংত-বিগ্রবদি, যাম্না মু চাইজগনি। টিকার সাহেব--রাজা সাহেব! তাকপিবিবদু ছসিনক বড়লাটতা থংহল্লনি।

অমুম হাকনা নৈনিংৎ-নৈশোন্নবা লোইরবা তুংদা, শ্রীযুৎ অসি টিকার সাহেবকা রাবি শান্নবদা — মানা-মানা থোকপা খুংলাই পাইবা, মী ৭০০ অমসু মনিপুর ঢাকনবা নৈংহৌবগী রা — মণিপুরনা চানবা তাংবগী রা — অমসুং, চেন্নখিবা মীতৈশিং হাক্লিন্নবগী রাসু পুখাত্লুনা রাবি তৌনখি। টিকার সাহেব —"মনিপুর লৈনা শেমগৎলগী থবক্তা সরকারনা মতেং পাংবা যাবা নৈনরবসু থংহনবিবনউ। রাজা সাহেবকী ফিভম্না, নৈতাবা হাইজ্ঞ লোক রহানবা, থবকশিংসিদা শেন চাংদবা পুন্নমকসু ঐখোইনা মতেং পাজগনি। অতুগা, রাজা সাহেবসু থুনা মনিপুরগী রাজ গাদিদা লৈংথংপিহনা, মরুপ ওইবগী ফিভমসি চেংশিনবা হেনগৎনবা হোৎনবিগনি, হাইনা নিংজৈ।" গম্ভীর সিং—"ঐখোইগী অহে-অসিংনা হাইবা মতুং ইন্না, তাকপিব

তাং ২০ অসিদা সিংহাসন কাজাগ হাইনা থবজরি। মচু মংনবা থোকচবা তারি।" সাহেব—"অপনবা নৈতনা, মনিপুর য়োৌবিরগা, অহল-লম্মনবী খুভমদা হঞ্জিনবিরুরো।"

---

# [৬]

## গম্ভীরসিংনা মনিপুরগী সিমানাদগী কবো পুম্নমক তাম্বোকপা।

শ্রীযুৎ অসি লেভিজগী ব্রিল তম্বিনবা কেপ্তেন গ্রাট, লেফটেনেন্ট পেম্বারতন অমসুং অতৈ সাহেব ২/৩ গা লোই-ননা, ডিসেম্বরগী তাং ১৮ দা যুম্ফালদা থুংলগা, তাং ২০ দা নিংথৌগী অভিষেক তৌখি। নরসিংহবুনা সেনাপতি হাপখি। মতম খন্নসিদা চেন্ত্রবা মীতৈ কনা য়াম্না হঞ্জিন্নরক্লে। অতুদগী, ১৮২৬ ইংগী জানুয়ারি থাগী তারিখ ১ দা, হান্না মনিপুরনা খুদুম চন্নবা, কবো ভেলি অসি অমুকয় হন্না লোই চন্নবগীদমক, নরসিংহ সেনাপতিবু লেভিজগী মী লিশিং অমগা লোইনচনা থাখি। সেনাপতি অসি, য়ায়াথং মতুং ইন্না, নিঙাই চাওবা মকম-মকমদা, লেভিজগী মীশিংদু কাংলুপ মচা-মচা খোন্না থাইরগা

থমহনখি। কোহিমা অসিস্তু, হান্না মনিপুরগী মস্তুং চল্লম্মি। মতুদস্তু মী ৫০০ থাক্সুনা, লমহেল্লিবা হাওশিংস্থু কাথহনখি।

মতম অদু, মনিপুর ঙাক্লবা লেভিজগী মী ৫০০ দা মন্তাইরে। মতাং অসিদা, লমজোক নিংথৌগা, ভূম নিংথৌগনা চাইরিবা করো মযামস্থু পুল্লপ পুনশিন্দুনা, তুমুদা চেকশিন্না লাম্বন শারগা, লানগীদমক খোরাং তোরে। নরসিং সেনাপতিনা পুখিবা লান্মী-শিংদুস্থু, মকম-মফমদা শিজিন্নখিবা মরম্না, মী লৈতদ্রনা, পাও অসি যামনা থুনা শ্রীযুৎ অসিদা থংহনখি। মসি হেক তাবগা শ্রীযুৎ অসি, কেপ্তেন গ্রান্টনা খৌগন তৌদুনা, লৈহৌরিবা লেভিজগী মীদগী, ২৫০ দংগা লোইননা লাক্লগা, জাতুযারিগী তাং ১৮ দা লাম্বন অদুগী মনাক্তা থংবি। লাম্বন অদু, লোং-লবা জঙ্গল অমগী মস্তুংদা য়াম্না চেকশিন্না শারম্মি। মুংগা উগনা নিংখিনা শারবা লাম্বন অদুগী মস্তুংদা, কবোগী অথন্নবা লান্মী ৭৮০ গা খোংলোই মথমগনা ল'ম্ব্ৰে'ননবগী ফিভমদা, মসা থুপুনা লৈরম্মি। লাম্বন অদুগী চেকশিন্না শাবা মতৌ উবনে, অমস্তুং লান্মীশিংস্তুগী হৈ-শিংবগী র্না থংবনে, অসিনা, গ্রান্ট সাহেবকী মন্তা —"তোপনা কাপথাইবা নত্রবদি, লেভিজগী মীদা শিদুনা ভোকপা তাবে। অসিগুম্বা অসিদি, ঐখোইগী চৎনবা মতুং ইন্না তোপনা কাপথাইনৈ" হায়রে। মতুদা শ্রীযুৎ অসিনা—'হুজিকপু তোপ কদাইদগী লৌক্লবি? লৌক্লবা থোক-লবস্তু, পুখোক-পুশিন্দা মতমস্তু চংবা, রারৈস্তু ম্নাম্না চেল্লনি।

অহু কাওবা, য়েক্লবসি তুমিন্না লৈরোইদোরি" হাইহুনা থক্না চানবা ঈশিং ফংহন্দনবা শিনবদগী, মুমিৎ হুমনি থাংঙনা লান শোক্লরমলগা কাইত্তনা চেন্নখি।

থবক অসি পাংথোক্লবগীদমক শ্রীযুৎ অসিনা— কবোনা কাখিবদগী চেল্লকপা, লাম্বন অচু শাবদা থবকল্লু শিজিন্নবদ্বা মীতৈদগী, ঈশিং চাফমগী ব্রা হংঙ্কনা খংলে। অদুদগী, মুমিদাং অমম্বদা, গ্রান্ট অমস্তুং মীতৈ আফিসাব ২/৩ না ভুং ইন্দুনা, ঈশিং চাফম অত্তগী লৈকম্নচিংবা মুন্না য়েংভু। মহুগী মতুং নোংমা কোনবা তাং ১৯ গী লুংথিন্দা, লেভিজগী মী ২৫০ দু কাংলুপ থবা থোক্না থাইরগা, গ্রান্ট অমস্তং মীতৈ আফিসার-সিংনা লুচিংহুনা, যেক্লবনা উদনবা, জঙ্গল অত্তগী উ-ব্রাগী মরুম থুপতুনা চংশিল্লকলে। মুমিদাংরাই ওইরকপা মতমদা, য়েক্লবনা উরক্লুনা, চংবা ভমদনবা নোংমৈ তত্তনা কাপ্লকই। অত্তবু, চংঙক-ইবা কাংবু অহু নোংমৈ গুলি থোওইদনা, মসা থুপ-থুপতুনা খরা-খরা ওইনা চংশিল্লক্লগা, মুমিদাং অমম্বদা, হাম্না শ্রীযুংনা তাকপা মফমশিংদু য়োত্থুনা, লাংথোং তোহুনা থুপকম নিংথিনা শেম্মে। লানজিন থংবা কাংলুপ অনিনা থুপ্নিবন্থ লাম্বন্দগী গজ ৬০, অদুগ, ঈশিং চাকমদগীনা গজ ১৫ দা থাপ্নরে।

কনোশিংত্থ মীতৈনা ফংখ্রিবা খুদোং চাবন্থ উবদা, তাং ২০ দগীনা ২১ গী মুমিদাং ফাওবা নোংমৈ অমস্তুং তোপ তত্তনা কাপত্তুনা, তাম্বোক্লবা হোৎনখি। অহুনস্থ কাম্নত্রবদা, তাং ২১

অহুগী থুমিদাংদদি, লাম্বনগী মপান্দা কাওবা লোক্লকুনা অরোইবি চাং য়েংনখি। খুৎথেংনবা লান্দদি মীতৈগা লাম্বা য়াদবনিনা, করোগী মীদা য়ম্না শিদুনা মতোক্লে। করোশিংহ চেনবা নত্তনা অৈত উপায় লৈত্রে। পুল্লপ চেল্লবদি, মীতৈনা খাংভক্লুনা তান্নরক্লনি হাইবগী কিদুনা, খর-খরদা চেল্লদুনা, ১৮২৬কী জানুয়ারি তাং ২২ থুমিদাং পুং ১০ তাবা মতমদা লাম্বন অহু পুনহাং হাংখি। মহু লৌশিনবা মতমদ' তোপ মচা মরিনে, jinjal খর'ন, লে ভক্লনা থা অনিবোম চান্নগদৌবা চেং'ন ফংভি। মহুগী হাক্লক্তা, লেভিঙ্গী মী ৬ শিখি, ৫ না খবা শোকই। য়েক্লবাগী অশিবা অমসুং অশোকপা মশিংদি, মসিগী শরুক তবারোব হেনপনি।

তোপকি মতেং য়াওদনা য়েক্লবা তান্নোক্লপগী বা অসি কেপ্তেন গ্রান্টনা পিখিবা রিপোর্টতগী খংনরক্লুনা, সাহেবসিংনা গম্ভীরবসিং অমসুং লেভিঙ্গবু য়াম্না থাগৎনখি। কান্দা আদমীনি হাইদুনা ভারত মচানা তৌবা থবক শিংথানদবা, মতম ঙম্নদা, বৃটিশ সরকারনা, শ্রীযুৎ অসিগী হৈশিংবা অমসুং থৌনা, অমদি লেভিঙ্গী অথাং-কনববু থাগৎনখিবসি মীতৈগী লেমনবিংতাইগী মশক্লি। ( কেপ্তেন গ্রান্টকী রিপোর্ট পাবিয়ু। )

অসিগী মমাংদা, নিংথিগী রাংমদা লৈবা লাম্বন অমা থুংগাইনবগীদমক নবসিংহ সেনাপতিগী মথাদা মী ৩০০ থাখিবহুন্নু মম ই পাক্লকই। লম অহুরাইদা লৈবা করোনা কাদুনা থবক পীজিন্নরম্বা মীতৈ ৩০০ রোমদগী হেনবা অমসু থাদোকখি। অসি নত্তবা,

নিঙাই চাওবা হাওশিং তেহন্নবা থাখিবা মীতৈ কাংলুপ মচা-মচা-শিংদুসু, লোইনা মমাই পান্নবক্তনা, ফাখিবা মীতৈ লিশিং অমরোমসু মীনাই ওইরম্মী কোকখি। মহারাজ অসি, নিংথিগী রাংমদা মতম খর লৈদুনা য়েক্লবা লৈবম্বা পুন্নমক তাম্লোককে খন্দুনা, হান্না থাখিবা মীগী মথক্তা, অতোপ্পা ৫০০ অমসু থাখি। য়েক্লবশিংদু, খোংমীগা শগোলতোংবা সন্নারীগনা তেহন্নবা শিন্দুনা, মহারাজ অসি ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারীগী তাং ১ দা নিংথি রাংমদা থংখি। পাও অসি তাবদা, য়েক্লবশিংদু কাইদুনা চেন্নখি। মখোইদু, য়ান্না কিংনা চেনখিবা মরম্না, মখোইনা ফাদুনা থনম্বা মীওই ১০০০ অমরোমদগী হেনবান, অদুগা মন, ইরোইনা ১৫০০ বোমসু ফংদুনা, মখল-মওক লৈজদবা মীতৈশিংদা য়েনথোকহনখি। সুন্দা মী লৈত্রবনিনা শ্রীযুৎ অসি থুনা মনিপুরদা অমুক হনখি।

কহিনা অমসুং কবোভপি অসি থাংগৎশংবা মনিপুরগী লম মসুং চল্লি। নিংথি রাংমগী লম অসিদি, মখোনা লৈবা নিংথৌ শিংতনা লোই চন্নরম্মি। হুজিক কহিমাদা লৈরিবা মুংদা য়েকপা খোংজন অসি, কহিমাসি অমুক নোংনা লোশিনবা হাক্তা, গম্ভীরসিং মহারাজনা য়েকহনখিবনি হাইনৈ। মুং অদু, লম অদুগী মীশিংনা য়ামনা ইকাই-খুম্নবম্মি। শ্রীযুৎ অসি, নিংথৌ ওইবা মতুংদসু থাসিয়া, জয়ন্তীয়ান-ঙংবা মফমদসু লেংদুনা বৃটিশ সরকারগী মতেং পাংখি।

মহারাজ অসি চহি ৯ (২০। ১২। ১৮২৫—৯। ১। ১৮৩৪ইং) মপুম ফাকাত্তনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মি। মা হাক্তক অসি

লান্দা তৌহুনা লেনখিবা নত্তে। মনিপুর অসি পুমনো নৌনা সেমগৎলগা, হায়গুম চাওখৎনবসু হোৎনবিরম্মি। চেনখিবদগী হল্লিলকপা মী ময়াম অদুগী লৈকয় শিনবিরগা, লৌউবদা খুদোং-চানবা, অমদি, লল্লোন-ইত্তিকুসু চাওখৎনবা য়াম্না হোৎনবিবম্মি। লম্বী অনৌ-অনৌবা শেমগৎতুনা চৎথোক-চৎশিনগী খুদোং চানবসু থোরাং তৌবিবম্মি। ফিরিবাম অসিনা, মনিপুরগী মপুৎ চনখ্রিব, অসিসু, শ্রীযুৎ অসিগী খুজিন্দগীনি। নোংবা কল্লবা পুন্সি অদুগী পোথাগা ওইনা, ঈশৈ-নোংমাই অমসুং হয়াও কুম্মেদসু পুক্নিং চংবিদুনা, লম অসোমদসু চাওখৎনবা হোৎনবিখি। শ্রীকৃষ্ণগী মনশেনবা লীলা, অমসুং খোপ পালা অসি শ্রীযুৎ অসিনা হৌদোকখ্বনি। মা-হাক্তক অসিদা, মীতৈ-লোন অমসু' সংস্কৃত লোন্দা লাইরিক খবা লেংহল্লমগী য়া তারবসু, হুত্তিওদি শ্রীকৃষ্ণবাস সঙ্গীত সংগ্রহ হাইবা অসিদগী হেন্না থেঙনদে।

কবোনা খুগাইবম্বা যুম্ফালগী কোম্মৎচু হান্নদগী হেন্না নিংথিনা সাগৎপগী আশা তৌরমলবসু, থবক্না মকাং-মকাং ওই-খিবনে, পুন্সিনগা তেনবনে, অসিনা, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদং থর শেমগৎলম্বা নত্তনা, অতৈ থবক্তি পাইথৎলম্বা ভমথিত্রে। কোম্মুং শাক্রিবৈদা, মতম খব লৈনবগীদমক, লাংথবান্দা অনৌবা কোমুং অমা শাহল্লম্মি। মসিদা লৈরম্বা যুম পুম্নমক চেক্না শাতুনা, অকোইবদা থাম্বাৎ তৌহনখি। থাঙবাৎ অসিদা চহি খুদিংগী

হৈক্রু হিদোংবা মতমদা হী তাৱৈ, অমসুং নৌকা খেলানচিংবা কুম্মৈ তৌরম্মি।

শিরমদাইদা শ্রীযুৎ অসি বৃটিশ সরকারগী মশাগী ওইজবতা থিবা খোদোদগী স্না-পুক্লিং কয়া মুংভাইখিদে। লেভিজ শেমগৎপদা বৃটিশ সরকারনা মক্তেং পাংখিদি হাইববু, কান্নবদি, মহারাজ দগীদি সরকাবনা শরুক যান্না হেন্না ফংখি। কবোনা মপাঙ্গল শোঙ্গুরনা, বৃটিশনা হাইবা যাথ্রিবসি লেভিজগী মপান্দগীনি। লেভিজ শেমগৎকুনা শ্রীযুৎ অসিনা শিজিন্নরমজ্রবদি, মসি লিংখৎপদা চংখিবা সেন্দগী শরুক যান্না হেন্না তিংবা, অমসুং মীমু য়ান্না হেন্না শিবমগদোবনি। অবু, সরকারদি, তৌবিমল পুম্নমক মশাগী ওইজবা থিবদা মমিং তাংশিন্নরবসু, মহারাজ অসিদি, থবা তৌবিখিবহ পুন্সিচুপ্না কাওখিদে। সার জেমস জোনষ্টোন কে: সি: এস: আই:, হাইবসি মশানা সাহেব ওইরবসু, বৃটিশকি খোদো অসি নিন্দা তৌদুনা করেম্নবম্মি।

জোনষ্টোন সাহেবনা ইরবা "মাই যেক্সপরিয়েন্স ইন মনিপুর এণ্ড নাগা হিলস" হাইবা লাইবিক অহুদা ইরবগী ভাব লৌতুনা, মহারাজ অসিনা শিরমদাইদা সরকাবনা তৌখিবহ শম্না হাইববদা—

"আভাদা কলোনেল ব্রুনে কৌবা সাহেব অমনা এজেণ্ট ওইদুনা লৈরম্মি। কবো অওবা থবগী মত্তা, কবোগা ঐখোইগা য়েংখিনরিবসি, গম্ভীরসিংগী ওইদুনা লৈরিবা কবো ভেলি অসি, ব্রম্মা সবকারদা পিরবদি সোইদনা কোকনি, হাইনা এজেণ্ট

অসিদা হাইখি। ব্রুনে অসি, মহৎদা থাজহনা, সরকারদা মরম অসি থংহনখ্রে। অদুবু, সরকারস্থ ব্রুনে-না হাই। মতুং ইন্না য়ারক্লে। মতুদা, ঐখোইগী তৌফম থোকপদি, ওই-দবা ভাংবগী তৃক্কচবগা লোইননা, ব্রা অহু থৌশারম্মে ইদোবনি। অতুদি তৌব্রহনা, থবক অসি পাংখোক্কবগীদমক, গম্ভীরসিংগা ব্রা ভাংনবা, মেজর গ্রান্টদা থংহনখি। গ্রান্ট অসি "গম্ভীর-সিংগা মতগী ব্রা ভাংনবদা ঐদি য়াওনিংদে" হাইহনা য়াথিদে। ব্রা অসি তাবক্কুনা, থৌব্রাইদদি মুঙাইত্রবস্থ তৌবিঘন নিংশিং-হনা —চহি খুদিংগী মযেক ওইনা লুপা ৬০০০ তদি পিয়ু, হাইনা থংহল্লকই। লম অসি, ১৮৩৪ গী জানুয়ারিগী তাং ৯ দা কবোদা পিথোকখি। ভুমিৎ অসিমক্তদা, গম্ভীরসিংহস্থ মথল্লাই অতুম থাঞ্জে। ঐখোইগী থৌদো অসিদগী মাগুম্বা মরুপ অমনা, শিবমদাইদা মুংঙাইখিরাইদোবহু খল্লুবগা অদোবগী মশক্তি। অসিগুম্বা থৌদো অসি, ঐখোইদা বাজভক্তিস্থ কাইজদবা মচা অমগুং মশুদস্থ অতুম মতৌখি।"

অমুম্না, তমজনিংঙাই ওইবা শ্রীযুৎ অহু পৌরাই-মুঙাইগনা, মতম চাদনা নোঙ্গাখি। রাজনিতিদস্থ হৈ-শিংবা, শিল্লম পুন্নমকস্থ মুবা শ্রীযুৎ অসিনা মতম শাংনা হিংবিবম্রবদি মণিপুবগী ফিভম য়াম্না তেম্না ফগৎপগা লোইননা স্তেটসস্থ ব্রাংথৎলমগদোবনি। লেভিজ অদু ১৮৩৫ কাওবা মনিপুরদা লৈরম্মি। মতুংদো পানখিবা নিংথৌ-শিংগী হাক্তক্তদি, মপুম-ফাবা নিংতম্বগী ফিভম মুথৎতুনা, পোলিটি-কেল এজেন্টনা থাবৈ-থারা শাবা হৌখি।

লোইরবা